# ৱাহৌ।

ঙসি মীতৈ মরূপ হায়রিবা অসি অঙ্গম হিংহনা লৈরক্লবা অসিনা, লৈবাকনা, মহোয়না তৌরিবসি করিনো, করি পাম্মীবনো ? হায়না খল্লদবা য়াদবা মতাং অমা য়োয়রকই। লৈবাকনা তায়-- মহোয়না তৌরিবসি, কাছাড়দগী নাওরিয়া ফুংলোনা, তাকপী ভম্বীরমহনা, মথাকী পাওতাক মতুংইন্না তৌরিবনি হায়না। তারিবা অসিগুম, মীতৈ মরূপনা হায়বদগীনি, অচুম্বনি। মরূপ অসিনা অহানবা চোংথোরকপা মতমদদি, লৈবাকী অহে অশিং ইবুংঙো ইংবেম্মশিংনা নিংঙম্মী— মপুং ফানা লৌশিং তাদবা কাংবুনা, লৈবাকী চংনবীদা লৈবা অমোংপা খরা উবদগী, অমোংপা অহনা ওৎপিরবা মী খরা থোমজিন্দুনা মহোয়না থোকপা'মা পাংতো তৌশিনবনি। অহনা চংনবীদা পকইবা অমোংপদু শেংদোকঅগা মরাই কায়জখিনি হায়না। মাহু তাদহনা মীতৈ মরূপকী মপাঙ্গল অহু অঙ্গম পাক চাওনা শন্দোরকয়ে, লাইরেক লাইশু মাংতক চানা হৈরবা মীওয় ফাওবা চিঙকয়ে। মাহু হন্নক ১৯৬১ ইংগী সেন্সসতা ময়েক শেংনা উরে। ফীবম অসিদা মরূপ অসবু পাম্বনসু, পামদবনসু নাওরিয়া অহনগী পক্কুংতম অহু খংনিংঙবা থোকই, অহুগা খংবগী মথৌসু তায়। অপাম্বনসু মুন্না খংদনা কবম্না চংখিল্লকনি। পামদবনসু মুন্না খংদনা মুৎ-থৎপা ঙম্বা হৌনদে। ফীভম অসিদগী, নহারোল মীতৈ মরূপনা নাওরিয়া অহনগী আইডিওলোজী ইয়ু হায়না, ঐঙোন্দা কন্না

ফকশিলনত

# আইডিওলোজীগী মরোং।

নাওরিয়া অহনগী আইডিওলোজী ইবা হায়বহ ঐঙোন্দা অরায়বা থবক অমা ওয়না থোক্তে। অহুগী মথক্তা নাওরিয়া অহনগী তাইবং ফাওরকপা তুমিৎ অসি এংননবা ইমু হায়না কুপনগী চুমিৎ ২৫ নিদংগী মন্নুংদা ইবস্থ নম্বস্থ লোইদবা য়াথিদে। থুবোনরবা মতম অসিগী মন্নুংদা, ইত্রবস্থ নফারোল গী নিংবত্র কায়বা তারনা, করম হায়না ইশিংগে হায়হনা মুকচৈ পায়দুনা মুক্তারমদায়দা নাওরিয়া অহনবু নিংঝিংজে। অহনবু হেক নিংঝিংলদা ঐঙোন্দা অসিগুম্বা অমা কাওহল্লকই— ইগ- দৌরিবসি নাওরিয়া অহনগী "রাখুল" (আইডিয়া) অহুগী মন্নুংদা ফুমদুনা লৈরিবা "পোরম' (আইডিয়েলিটি) অদু কাংদুনা, মশক অমা তাননবা হোৎনরকইবা অহুবু, নাওরিয়া অহনগী "রাখুল পোমিৎ" (আইডিওলোজী) কৌবা তায়। নাওরিয়া অহনগীদি আইডিয়ানি। আইডিয়াগী মন্নুংদা ফুমহনা লৈরিবা থবকশিং অদুবু, ঐখোয়না উরগা, মাহুবু অহনগী আইডিওলোজী কৌবনি। অহুম্না কেপ্পমীবা রাখুল করিনো থংগে হায়রবদি— অহুম্না ইরম্মীবা লাইরেকশিং অসিদগী নৈনরগা খুনজিনগনি।

অহুম্না ইরম্মীবা লাইরেকশিং অসিনা ঐখোয়বু করি তম্বীরি- বগে, করিবু থংহল্লিবগে? হায়রবদি -- ঐখোয় "হিন্দু" নাত্তে, "মীতৈনি" হায়বনি। মীতৈবু হিন্দুনি হায়জিন্দুনা শেরাম্বনা চিংত্রিবা অদু রাযেৎ চংহনা লোখোকঅগা, মীতৈগী অশেংবা মশক অহু শিনজিনবনি। হিন্দুনি হায়জিন্দুনা মীতৈগী মরি মথোং

মুৎথৎলকইবা অত্থদা রায়েৎ চংদ্রনা, মীতৈ কলদু! মাত্থবু অপোর্ক-পগী লমনশিংবা কোই। অচুম্বা লম্বীদা অকিবা লৈতনা চংখিদ্রু! অসিনি অহল্লা ঐখোয়বু তম্বীরম্মীবা। অহল্লা, থুপত্রিবৈগী মতমদা মীতৈবু হিন্দুনি হায়ত্থনা চিংখিনব্রিবা, খোংভম থাক অত্থদা রায়েৎ চংত্থনা মীতৈ কল্লনবা হোৎনরম্মী। অহনগী খুকাপ অদু চুম্মদ্রনা মীতৈবু কুপশিল্লম্মীবা হিন্দুগী লাং অত্থু শেগাইরে। লাং শেগাইত্থনা পাইখোকখ্রিবা মীতৈবু ফাবা ওয়্যনবা প্রক্লোকস=প্রগীন ভবন=য়ুম অহানবা=য়ুমফাম কৌবা ওক্কেকনা পাকচাওরবা ঋগবেদগী মন্ত্রগী লাং অমনা তৌজিক অমুক কুপশিপ্রকই। অহল্লা তাক-পিরম্বগী মতুংইল্লা, পাখংবা শকোক কনৈরোনগী লাইল্লা অমুক্ত কাপত্থনা নাক্লোকনবা হোৎনবনা ঐখোয়গী ইথৌনি।

অহনগী আইডিওলোজীনি হায়রগা অয়েৎ-রা ওাক্তা ইরে হায়দ্রনা পাবিরিবা ইবুঙো ইবেম্মশিংনা কবিনো! হায়না থল-বিবা য়ায়। নাওরিয়া অহল্লা তম্বীবম্বা মকম্থু যেৎত্থনা অচুম্বা পুখোকশনি। জেরা নত্থনা মোকদ্দমাগী অচুম্বা পুখোকপা ওম্বা তৌনদে। নৈকা চুববা কোনও ফেংদাক্তনা পিথ্রাইনি, শেক্তেনি থংবা ওয়্যদে। মাতৈবু হিন্দুনি হায়জিন্দুনা মরি মখোং মুংথং-পিরাদে, অযেৎ রাদি নশানা খোরকপনি। অয়েৎ-রা ওযবথম্থ খোগল্লাল কাপ্পবা রাহৈদি য়াওজদে। করিগুম্বা হেনজিনঘিবা য়াওরবম্থ লৈংকনা ওাকপিগনি নিংঙ্গে।

টি, বোকুল।

কৈশামপাৎ, লৈমজম লৈকাই, ইম্ফাল।

# নাওরিয়া অহনগী রাখুল-পোম্নিং

## ( আইডিওলোজী )

——:)•(:——

নাওরিয়া অহল্লা ইবা "ঐগী রাবেং" কৌবা লাইরেক অসি পাবা য়াম্না হুন্তায়। রাইহেপরেং মচা মচানা শাবা রারেং অমা ওয়না ভৌরহনা হায়রিবা রাইহেশিংছু য়াম্না লাইনা থংহল্লি। পারিবা মী অদুগী পূকচেল মতুং ইন্না রাখুল থেন্নরবস্তু মতাং খুদিংগী পাওতাক অমদি লোয়নবি। পাথরকপদা নোক্লিংবা মতাংস্তু হেক হেক য়াওবকই। রারেং অহুনা লাইরেক অহুবু লোয়না পাথোকনিংবা অমা পি। লাইরেক অহুনা থিন্দুনা (পোইন্ট) উৎলিবদি মথাদা নৈরকদোরিবশিং অসিনিঃ——

(ক) লাইরেক অসিগী ১বা মতাংদগী ৪শুবা মতাং ফাওবদা য়াম্না শমজিন্না মমিংস্তা ওয়না মীতৈ হৌরকপগী রারী ইবি। রারীহুগী মমুংদা হাওগা মীতৈগা পা তিনি, মা তিন্নদে হায়রি। হাওস্তু মীতৈস্তু শোরারেনগী মচানি, অহুনা ঐখোয়দা মংহান্না তিনবা য়াউম থোকই, মহোয়দস্তু ঐখোয়না তিনবা য়াউম থোকই। হাওগা মীতৈগা মরি মতাং থোকই। "হৌরকপগী রারী থেও" হায়রি। হৌরকপগী রারী অহুদি ইদহুনা থংনিংলগা হৌরকপগী রারীদা থেও হায়হুনা থনম্নীবা অসিনা তাকইবদি— রারী মতেক

লিবা মীতৈনা মনাৎ থাদোক্লুনা হাওবু চম্না লেংবিরে। চৗংগী হাওনা শেমগৎপিনবা লৈতবদগী অসুম অসুম মোংখ্যরে। হাওগী অমোংপা উরগা মীতৈনা তুকচৈ হায়দুনা হদ্দনা য়েংজে। মাদুনা হাও মীতৈ অনি মুংশিনদবগী অচোবা মরম অমা ওয়রকয়ে। হাওনা মোংনা লৈবা পামদদুনা মীতৈ মরক তিনজগে হায়রবসু মীতৈনা রাইকরিবা ময়াং ধর্ম্মনা লুপা য়াওদবদি মাড্ডি হায়দুনা তিন্দহন্দে। অদুনা মমৈদা হাওনা খুঃ ধর্ম্মদা চংবা তাখি। হাওনা খুঃ ধর্ম্মদা চংব্রবা মতুংদদি মহোয়বু চন্দনা য়েংখিবা, মীতৈনা চৎলিবা হিন্দু ধর্মবু মহোয়না তাথিখি। অদুনা ঐখোয় ইশাগী নত্তবা ধর্ম অনিনা হাও মীতৈ ঈচিন ঈনাও অনিগী মুংশিনবদু মাং-হল্লে। মমুংদা মুংশিনদবা অমা ধুমদনা লৈরবনিনা, মপান থোংদা রাহৈ মখৈ ফজনদনসু পুকচেল থোইজেল পুমতিন তিন্নবা কায়বদুদি থোকত্রে।

হাও মীতৈ ঈচিন ঈনাও অনিনা পুকচেল থোইজেল তিন্ন-ব্রবদি— চৗং তম অনিবু পুন্না খংনবন্মীবা চৗংনা কোয়না পনশা-বা, হাওনা কোয়না পনজাকলম্মীবা পোইরৈ লৈপাক অসি কাওবা মচেং তারকপা য়ায়। মাদুনা হাওগীসু, মীতৈগীসু অনিমককী য়াম্না অমাংবা অমনি। মীতৈ ঐখোয়না, ঐখোয়গী মহোশাগী ধর্ম অদুদা হল্লিনজরবদি, চৗংগী হাও পুম্নমকসু মপা মপুগী মরি মখোং থিরককনি। মপা মপুগী মরি মখোংবু থিরকঅবদি মীতৈগা মশা অমতনি হায়বা খঙকদুনা, হাওনা মীতৈবু মুংশিবা ওমকনি। মীতৈ ঐখোয়নসু চৗংগী হাওবু ঈশা অমতনি হায়বা খঙদুনা তো-

তানবা রাখল পোকলোয় । মতম অমদগী মতমগী খোংলৈ মতুং ইন্না, হাও মীতৈ অনিগী ইউনিটি অদু কায়রবন্নু, কায়রিবা অচুনা পুরকতুনা কৎলোয়দবগী মমি অমা তাক্লিবা অসিনা পাওতাক ওয়রুনা, হৌজিক্কী শেমগৎতুনা মমৈদা হাও মীতৈ অনিগী অপুনবা শককম অমা শেমগৎশি হায়রবনি । মাচুতদা হাও মীতৈ ঐখোয়গী রাজনৈতিক, অর্থ নৈতিক সমাজিক পুমনমক্কা চেৎনা মন্না তানা লৈবা ঙমগনি । রাবী লাইরোন্দা পা তিন্নবা ইচিন ইনাওনি হায়না লৈরিবা, লেশেম খুনশেমচৈদগী লৈমিন্নরকঅবা চৈংগী হাওবু মীচাবোক লম্নাম্বা ওয়না খল্লবদি ঐখোয়গী অচোবা অরানবা অমনি । ইশাগী ওয়বা সধর্ম অদুদা হাও মীতৈ অনিমক চাওখংমিন্নতুনা সভ্যজগতকি মরক্তা ঐ খোয়গী সভ্যতা অদু পুশিন্দুনা তিন্নসি হায়রবনি । হাও মীতৈ পা-তিনৈ, ঐখোয়নন্নু মহোয়দা তিনবা য়ায়, মহোয়নন্নু ঐখোয়দা তিনবা য়ায় হায়রিবা রাকম অসিগী মনুংদা মথক্কী রাখুলসিং অসি ফুমদুনা লৈ : পা-তিনৈ হায়বা রাকম অসিতনদি গুককনৈ হায়তুনা রারী মতেক অমা শমপৎনা ইরম্বনি । অহনগী রাখুল ( আইডিয়া ) অদুবু রারেং ওয়না ইথোকঅম্বনি । রারেং অসিগী মনুংদা ফুমদুনা লৈরিবা রাখুল অদুগী পোমিৎ অদু মীতৈ মরূপনা পাংবনি । অদুনা মীতৈ মরূপনা তান্নকহৎবদি নাওরিয়া অহনগী আইডিওলোজী অদুনি ।

( খ ) লাইরেক অসিগী মশাদা, মথং তারকই— পাখংবগী হৌরদুনা মীতৈ লৈপাক্তা নিংখৌ ওৎতনা পাল্লকই । পাখংবনা নিংখৌ ওয়না পামখিবা মতমদি লৈশেমচৈদনি । মুমিৎ, খা নম্তনা তাইবং মীনা খংবা ঙম্বা মতম নথখিদরে । হৌজিক মতমগী

লেংখদ্রে, কেন্রি নত্তবনিবা, কেন্রি বভ্রুবাহনগী খারাদি তরুন্নী কেন্রিময়ুমত্তনা ওরবা তারি। কুপনা খিজিলনুরবদি, অর্জুনদি, ব্যাস হায়বা বামোন অহনা, মমা অমত্তগী খাঙবগী হেক শ্রা-বিন্দা মনাও নিপানা লৌবা মতুংতনক পাম্বনা পোকপা হুক খাখেদা পোকপা অর্জুননি। অর্জুননা বামোনগী খরানিবা, বামোনশিংসু বভ্রুবাহনগী খারানি হায়দুনা নপশিনখিবা মাংই। লাকনিম্নবা হায়বসিগী হুংশিনবা অনা লৈ, অতমা লাইরিকয়েংবম, কৈকমন্ম মহোর অসিসু খোলচিনবা মাম। মহোব অসিবা বভ্রুবাহনগী খারা ওরবা তারবমু, য়েক ৭কি মথুং চল্লিবা মীতৈ চামা চামগী মথুংদা অনা কাওবা থুংদবা মহোয়গী মমিং লৌদুনা মীতৈস্ আর্য্য খারানি হায়বা য়াত্তম থোক্তে।

বভ্রুবাহনদি মীতৈ নিংথৌগী মগাম্বীনা পোকপনি। নিংথৌবা মচানিপা পোক্কনা বভ্রুবাহননা নিংথৌ ওরহৌই। অহনা মীতৈগী নিংথেম মমুনশিং অসি ভুংশংবা বভ্রুবাহনগী খারানি হায়জিন্দুনা নিংথেম মচাশিংবু চিংপদবগী কলা ১সু চোংনৈ। মাসিসু ওখোক্না লাম্বন অমনি—মীতৈগী নিংথেম মচাশিং অসিদি নিংথৌজা য়েকম ঃ নিংথৌজা খেক হায়রিবসিদি মঙাং য়েকপু হায়বনি। পাখংবগী খুতন কাংহৈরিবদি মগোয়নি হায়দুনা ওহোকনা চাও-খোজা লৈরিবা পাখংবগী চাদ-নাওহানি। পাখংবগী চাদ মাঙজাবু কুমথহনা আর্য্য খারা ওইনিংভম থোকজা? বভ্রুবাহন পোকপা মমা চিত্রাঙ্গদাদি নুপ্রাবীনি হায়দুনা কনাগুবা অমং অহৈশিনো কলা লাওরি। মীতৈনা তুনন লৌবদি চথৈব হায়বদু তুমল

লুপ্লাবী মচানা পিবাকম কংবদি লাই হাক্ককতগীম্না ডসি কাওবদা চংনব্রি। লৈবাকনা চংনদবা থবকপু নিংথৌনা তৌবা ওমতম থোকপ্রা ? কনাগী মথক্তা নিংথৌ ওয়না পানগদৌরিবনো ?

মহাভারতকি অর্জুননা মৈতৈ লৈপাক্তা লাকপী হায়রিবা ৱারিসিদি মীতৈ লৈপাক্তা থিবা ফজনবগী থবক লৈখিদ্রে। পৃথিবীগী ইতিহাসকি মসুংদস্নু য়াওরমগদবগী মথৌ লৈখিদ্রে। মহাভারত হায়বা পুরাণ অদুদা মনিপুর হায়রবা মফম অমা থারি। ঐখোয়গী লৈপাক অসিস্নু মীরৈবাকশিংনা, মীরৈবাকী মরেম্না, মতম অমদগী মনিপুর হায়রনা খোনজিনবিদ্রে। মীতৈ লৈপাকপু মনিপুর কৌরিবা অসিদি মীতৈ লৈপাক্তা মীরৈবাক মচাশিং তংরকঅবা মতুংদা খোনবা ওরাংতগী নিংনি। ওরাংতগী মিং অসিবু মহাভারতকি মনিপুর অতনি হায়না প্রমান তৌরুবদা পৃথিবীগী পণ্ডিত অমতনা য়াবিরোয়। লমাংদেংলোমদা য়ুম্নাম খুনৌ কৌবা খুল অমা লৈ। পুনাওরোমদসু য়ুম্নাম খুনৌ কৌবা খুল অমা লৈ। খুল অসিসি মমিং মান্নৈ হায়দুনস্নু, খুন্দা লৈতারকপগী ৱারী থৈদোকনচিংবদি তোঙাম্লি অতুগুমনা। ঐখোয়গী লৈপাক অসিগী মমিংস্নু মতম অমদগী মনিপুর কৌথরে হায়রুনা উতাই ইচা চংদনা মহাভারতকি ৱারীদু পুশিন্দুনা য়াবা তৌনদে। ঐখোয়গী মনিপুর অসি মহাভারতকি মনিপুর অহুনি হায়রিবসি শেমজিন শাজিনবনি। ওয়দবদু শেমজিন শাজিন্দুনা ওয়হনবদি ফুংকোয়বা য়ারোয়।

মীতৈ লৈপাক্তা পানখিবা কবাব্রেন নিংথৌশিংগী মমিং ৱারলকপদা থোই নম্রবা থোই, তোম্পোক কৌবা নিংথৌদগী হৌবসি

ইমান যাগে। ঙাওরিয়া অহনগী নিংথৌরোন থারকপদা কোই নিংথোদগী হোই। নিংথৌশিংগী মমিং অসি গরীবনিৱাজ নিংথৌগী মথক্তী নিংথৌশিং অমতগী মমিং সংস্কৃত মরোন চৎখে। গরীবনিৱাজ নিংথৌগী মথা তারকপা নিংথৌশিংগী মমিংদি সংস্কৃত মরোনগী মমিং থোক্লে। অদুনা মীতৈলা ময়াংগী কীদম লৌখিবসি গরীবনিৱাজ নিংথৌগী মতমদগীনি হায়বহ ময়েক শেংনা শংছল্লি। মাসি থক্তকঅনি হায়ছনা কনাগুম্বা অহৈ অশিংনা মথক্তী নিংথৌশিংগী মমিংদসু সংস্কৃত মরোনগী মমিং অমমম থেংচিল্লে। মাদুনহুম শেনজিন শাজিনবনি হায়বহ ইলাও লাওনা উরে — "তাওথিংমাং" কৌবা নিংথৌগী মমিংদা "জলগত্য" থেংচিল্লে। "কাওথোংবা" কৌবা নিংথৌগী মমিংদা "একজর" থেংচিল্লে। মাসিদি ট্রান্সলেসননি (মীতৈরোনদগী সংস্কৃত ওস্লোকপনি)। চপ চানবা অর্থনি। মীতৈরোনগী মিংবু, সংস্কৃত মরোনদা হন্দোক্লীবা অসিবু, শেমজিন শাজিনবনি হায়বা ইফোং কোংঙ্গিবরা? পাথংবা লাইবু আর্য্যগী ব্যাকরণনা পুথোকপা ঙম্মোয়। পাথংবা = বরিষ্ঠ হায়রিবা অদুদি ঈশিং = জল হায়বগুম্বনি। ঈশিংগা জলগা পোংশক অমতা ওয়ারবহু লোল অনিসিগী হৌরককম তিম্নদে। জলগী ব্যাকরণনা ঈশিংগী হৌরকপা পুথোকপা ঙম্মোয়।

নিংথৌশিংগী মমিং থারকপদা, নিংথৌশিং অহনা পাজিনৈদা থোকখিবা থৌরোক খিবিকী রারী য়াওদে হায়দুনা নিংথৌ অহুনা নৈরোক চাকঅনোৱবগী না নত্তে। নিংথৌরোল খুদিংমক্তা

অরা মুভায়গী থৌদোক কয়া থোকখ্রিবনি । খাক্তদাননা মৈনা লোয়না খাত্রবনিনা, অচুম্বা থংবা ওমদতনা রারীশিং অত্ত হাপ-পুবা ওমদবনি হায়বা অমস্তু পল্লমী । রাষ্ট্রে অসিনা ঐখোয়বু থংহল্লি— জাতিগী ইতিহাস হায়বসিদি জাতিচুগী অশেংবা মশক তাকপনি । ইতিহাস অচুনা চুমত্রগা জাতিচুগী মশক থজ্ঞদুনা মপা মপু মশক থংদবা অতোনবা জাতি অমনি হায়না সত্যজগংনা হাযনখিনি । ওইদবা ইশিংপুরবদি ওহোকনা অচৌবা লংঙবা অমনি । ওইদবা ইশিংলুবদা, মীনা অমুক থাজবিগদবগী মথৌস্তু লৈত্রে । অচুগা মথক্তা তুংদা হোৎকদবা অহে অশিংসিংনা মূর্খ-পণ্ডিতনি হায়নহোরনি । জাতি অমবু অমম্বগী সমক্রদা থাদবদি তৌহৈদে । জাতিগী ইতিহাস হায়বগুদি য়ামনা কুপনা রিসার্চ তৌবগা, অচুম্বা তশেংবা অধুমক থকিবা লৈতনা যামনা খোনা কনা ইগদবনি । নিংথৌ অমম্বু অওম অখোনা তৌবা ক্তবা খবকনা লোৎশিনবা, থজিক্তং তৌবদা মরম চাদনা পংথা থাগৎপা মাত্র ইতিহাসকি অশেংবা মশক নত্তে । আধ্যাত্মিক দৃষ্টি (থবুং লাইমিৎ) পাংত্রিবা মীওয়না শকোক কংলৈয়োল থংবা (বেদার্থ) ওপ্পোয় । পুম্না ইবা মতিক নত্তে হাযবত্ত মযেক শেংনা তাক-অম্বনি । রাকম অসি অচনগী জীবন অমম্বু অহম্না ইরম্বীবা লাইরেকশিং অসিদগী নৈনরগা মযেক শেংনা থংবা ওম্মী ।

(গ) অহম্না ইবিরক্ষবা ঐগী রারেং চায়বসিগী মথাগী অয়াম্বা শরুক্তি— তুমদুনা মও মওহনা লৈরিবা মীতৈবু (অথংবা কাংবুধুদি হায়জদে ) থবুং লাইমিং পাংদুনা মিকপ থোক্তনবা

মতৌক অমা হৌদোকখী । হৌংবা য়াম্না ধর্ম্ম হায়বা অর্থাৎ মতম মতমগী হৌংহুনজা লাকইবা ধর্ম্মগী কাংলেং হায়বা অমা অনি ওই । ধর্ম্ম হাক্কবসিদি পান্দম পৌশিং চাওখৎনবা কৈরাক খুদা অমনি । ধর্ম্মগী কাংলেং লৈত্তেং অহুনা জাতি অতগী পান্দম পৌশিং মরেং তারকখবদি ধর্ম্মতগী মপান্ন থোংগী ফিজেং অতদি হৌংদোকপা য়ায়, হৌংদোকদবনি । ধর্ম্মগী মপুং অহুদি কৈ-দৌঙ্গেম্মু লেঙ্গোয় হায়রম্মগা অর্থনীতিনা মপুং ওয়না লৈনরগা লোয়শিল্লি ।

---

মীতৈ মশক তাকপা লাইরেক অমম্মু অহম্মা ইথিরমী । লাইরেক অদু কাছাড় অপোকপা ফুরুপনা শাপা তৌহুনা কোঙজ্রে । লাইরেক অহু অহুমা মীতৈ ময়েকনা কপি তৌই । মীতৈ ময়েক হৈরবা মাওয়দা, অহনগী থুংমকনা ইবা কপি অমা পি । লাই-রেক অতগী য়ারীত্ত তানিংবমকনা ঐখোয়বু মীতৈ ময়েক তম-নিংহল্লি । লাইরেক অতুনা নৈনরিবদি মথাগীশিং অসিনি :—

(ক) লাইরেক অতগী অহংনবনক্তদা "মীতৈ অমম্মু মৈতৈ" অনি কননা চুম্মগ হায়বদু নৈনরি । মীতৈদি—"মী+অতৈ" য়াক্তোন অনিনা তিন্দুনা ওরবনি । মীতৈ য়াহৈ অনিনা ওর-বগুম্মা -- মী+অখোয়বা=মীখোয়বা অসিনচিংবা য়াহৈ মীতৈরোম্মা মপান্ন নায়দনা লৈ । "মৈতৈ" হায়রিবা য়াহৈ অনিবু "মৈ+তৈ"

ঙাখনা খায়দোকতুনা করি হাযরিবনো হাযনা মীতৈরোনগী রা-
চৌবোমা (ব্যাকরণনা) থিরকপদা ফংদে, লৈতে । অদুনা মীতৈ
ঙাযবনা চুমগদমালে । ইবুঙো ইবেম্মশিংনা যেংথিনবিযু হাযরি ।

অহন্না কাঙ্গমীবা অসিগী মতুংইন্না "মীতৈ মৈতৈ" অনিসি
কনানা অচুম্বনো হাযবদু লেপথোক্কবা ইয়া য়াদবা রাক্ষম অমনি ।
হৌজিক্তা মীতৈ মৈতৈ অনিসি ভাংবদসু ইবদসু অমা হেক্তা
শিজিন্নবগা য়াবা ওয়না চংনবি, থংবসু অচুমক থংনৈ । অদুমদি
ও'বনদ ভাংদাংবা অমদি থংদোকপা চুম্মী । য়াক্তি য়ুমনাক
অত্তনি হাযত্তুনা চংনবি । য়ুমনাক অতগী হৌবককম য়েক অমদি
বোম্নাবি । য়েক অতু থগুত্রবসু পুনসিগী হিংনবা গুবা চংপদি
কবিস্ত্র কাযদে । অত্তুনা লাইথোকতুনা ঈপা ঈমা অহন অমন-
দস চংহৈদবে । ঈপা ঈমাস্তু লৈথিদবে । যাককীদু পংথিবা
য়ুমলোন কৈবোন্নবগী অহন অমতসু লৈথিদবে । মীওযবগী লাংভম
মতুংইন্না, তুরৈ ঈবৈ থুবৌ চন্নকঙ্কবদা তীলকোক লাইকোকচগে
হায়ত্তুনা ঈপা ঈপুপোকপা থুরুমগে নিংঙে । লাইরোন লাইরা
থবা মাইবা অমা কৌরুত্তুনা অপোকপা থুরুমবীযু চায়জরুরে ।
মাইবা অত্তদি যেক ৭ মকী মৈ, শিং, ঈশিং, হৈ, লৈ, লা অসি-
নচিংবা লাইস্লৌ পোংচং পোংশক মথৈদি থত্তি । যাককী যেক্তি
মাইবা অত্তুনা থংবিদে । য়েক অতু থংদনদি পোংচং লাংবা
রারোইদৌরি । পোংচং চুমত্রবদি ঈপা ঈপুদা লংজবা থোক-
রুদৌরি । মতম অতুদা রাককী য়েক কনানো হাযরুবা, কোট-
রেল চেন্দুনা অথংবা কম্মানো থিবা তারকই । রাককীদু থংথিবা

মীপক পাক লৈরমত্রবদি নিংবা কায়রহনা অরাবা বংবা মতাংদা লাকই। অমুওমহনা, মীতৈ মৈতৈ অনিগীগী অরেপপা থংহো নবদগী করিগুম্বা মতম অমদা মীরৈবাকচাশিংগী মমাংদা য়ামনা ঈকায়বা অমা নংওবনু য়ার। করিনা, হৌজিকী মতম অসিদদি অমগা অমগা শক থংনবা মতাং য়োরকঅদুনা মাগী মাগীছু থংওবা মতুংদা মীগীশু খিজিন্নরকই। অহনা, ঐখোয়সু ইকোম কোমনা লৈথোকপদি চুমদমাল্লে।

মৈতৈ হায়বনা চুম্বী হায়বা কাংবুগী কনাগুম্বনা শিরগা মৈথায় হায়রহনা, মৈথায়দগী মৈথৈ = মৈতৈ তারকপনি হায়রি। কনা অমনা মৈতিংগু পাখংবগী মচানি হায়রহনা মৈতিংদগী মৈতৈ তারকপনি হায়রি। কনা অমনা পাখংবনা মমৈগা ময়াগা তায়নৈ, পাখংবগী মচানি হায়রহনা মৈতায়দগী মৈতৈ তারকপনি হায়রি। কনা অমনা মপাঙ্গল মথৌনাদা মৈহৌই হায়দুনা মৈ + তৈ = মৈতৈ হায়না অতোপপা মীনা থোনবনি হায়রি। কনা অমনা মৈ ঈরাংলি হায়দুনা মৈতৈ কৌবনি হায়রি। লোল্ল অসিনা মী-তৈরোন ওয়রবহদা অথং অহৈশিংগী পুখোকনবগী লোয়বা নায়-ঘিদরে। মানা মানা পুখোকনরকইবা য়াকমশিং অহু, য়াককীসিদি পুয়াদা য়াওরিবনি শোয়খিত্রবা লাইগী য়াথংনি হায়রহনা অমগী রা তাবা লৈখিদ্রে। অহৈ অশিংগী চৌনখুন মান্নবিরম্বনি রা মথা লৈত্রবনি। চৌনখুন মান্নদবসিনা রা য়াম্মকইবনি। শিরগা মৈথায়, নত্রগা মৈ ঈরাংলি হায়রহনা মৈতৈ কৌবা ওয়রবদি, আর্য্য হিন্দু পুরমক মৈথায়, মৈ ঈরাংলি মখোয়নু মৈতৈ ওয়বা

তারে । পাখংবগী মচানি হায়ত্তুনা মৈতৈগী ঙম্বু ওয়রবম্ভু কৈ অয়দগীবু ওয়রবম্ভু অমদগী লোদূনা মৈতৈ কৌখিবা ওয়রবনি ; পাখংবদি তাইবং মী পুন্নমকপু শ্রোকপা অপোকপনি হায়না মীতৈগী শকোকতা য়াওরিবনিনা, তাইবং মী পুন্নমক মৈতৈ ওয়রবা তারি। লপাঙল মখোনা লৈ হায়দূনা মৈতৈ কৌই হায়রিবা অসিম্ভু কনদি লেমজে হায়রবু মরি মখোং পুখোকপা ওম্বগী মখো লৈতে । মরম পুন্নমক অসিনা মৈতৈ কৌবসি চুম্মোয়দমাল্লে । তুরৈ তুখোং, লু-তাং, মিথলৈ-নারৈ, কোককী তুম্বা (স্কন্দ) পুন্নমক তোপপী মানদে হায়ত্তুনা মী+অতৈ=মীতৈ কৌবসিনা চুমগদমাল্লে।

(খ) মীতৈনা লৈরিবা লৈপাক অসি সোরারেনচিংবা লাইয়াম্না কৌব্রুচীংদগী লাকতুনা, নোংমাইজীং চীংদোন য়ানথারত্তুনা শেম্ঙিবা লৈপাকনি। লৈশেমণ্ডৈদা চয়োল তরেৎ থোকখি। ময়াংগী রবি সোম থোক্রখিবগা, মীতৈগী চয়োল তরেৎ থোকখিবগা মানদে। চয়োল তরেৎনা মাংখ্রিবৈদা মীতৈগী মরি মখোং মূংথৎপা ঙম্মোয় । মীতৈগী লাইকম ওয়ত্তুনা হৌজিক ফাওবদা থুকমনরিবা লাইকমসিং অসি মীতৈরোনগী মমিংনি । লাইকম মৱাম অসিনা পুন্নগা ওয়রিবা অপূনবা লৈপাক অসিগী মমিংম্ভু মীতৈরোনগী মমিং ওইজম থোকই । অদূনা লৈপাক অসিগী মমিংবু মীতৈরোনগী ওয়জম থোকপনা মীতৈ লৈপাক কৌরিবা অসিনি । ভারতবর্ষ লৈপাকনা, গঙ্গা, যমুনা, সরস্বতী তুরেল অহুমনা চেল্লিবা মক-সিংদা লাইকম ওয়ত্তুনা আদিভৌতিক ব্রহ্ম লেপকনবগুমনা; মীতৈ লৈপাককীম্ভু তুরেল অচৌবা, ইরিল, নম্বুল অহুমনা কৌজনবী

থৌহনা ঈখায়দা তিল্লগা লাইপী মল্লোং লেপপীবা লাইরৈবাকনি হায়না মীতৈগী লৈশেম্বদগী হৌহনা মীতৈরৈবাক লাইকমনা লেপ্লগী রারী অমা য়ামনা শমজিন্না ইন্নি। মপূং কাবা রারীদি হৌরক-পদা য়েংহ হায়না পল্লম্মী।

অহন্না থরদং কাওম্মীবা রারী অসিনা, ঐখোয়বু দর্শন অমসুং বিজ্ঞানগী মিং পাংখোকহল্লম্মী। মাহুদি— রারীশিংবুন হায়তুনা লৈরম্মীবা অসিবু কনানা তাইবংপানবগা হৌমিন্নরকতুনা ইরম্মাবনো! কদায়মখেনা কংলৈরোন (বেদ) কৌরিবনো? কদায় কাওবনা পূয়া (পুরাণ) কৌরিবনো? কদায়দগীনা রারী তা-রকইবনো? লাইফম কদায়বু কৌবগে? মীতৈ লৈপাকপু লাইগী মল্লোং লেপপী হায়রিবা অসিনা কমদৌনা হাযরিবনো? মীতৈরোন লৌলিবা ঐখোয়গী লৈপাককী মমিংবু ঈরোন থাদোকতুনা মীগী ময়োম্না খোনজম খোকপ্রা চায়তুনা, পুমনমক অসিবু থক্কহল্লি। "শোরারেল্লচিংবা লাইয়ামনা নোংমাই চিংদোন য়ানখায়তুনা লৈ-শেমখি" হাযরিবা অসিনদি, নীপি ঐখোযগীসু লৈশেম সুংশেন-তনা "তাইব প নখা ওয়রকপগী রারী" (নেচরেল হিষ্টরী) দু কন্ননা লৈরম্মী হাযবত্র তাকই। মাসিবু লৈশেমডৈদা য়াওরকপা কনাগুম্বা লৈহৌত্তনা নহাকনা ইরম্বা নত্তে। নিংখিংওম্না ইবনি। নিংখিংবা হাংরবদি অথংববুনি, থংদবা পোংতি নিংখিংনিঙ্ময়সু লৈত্তে। অইকং মীওয়বদা সম্মহী অমসু পাথংবনা চংদূনা অথংবা অমসু নিংখিংদা হাযবত্র ওয়দূনা লৈ। মরম অদুনা হিংত্তিববু অচংবা কৌই। মীওয়বদা চংদুনা লৈরিবা পাথংবনা ইরম্বনি। অইকং

সিঙনা উহৌবমক্তি থোক্তে। মাসিবু পাখংবনা ইরুনি হায়রুবা পা-ংবা শকোক কংলৈরোন কৌই। মাসি নত্তনা ঈশ্বিংদগী মথন্তা তাওখৎলকপনি হায়রুরবদি, হৌজিককী মতমদা চানজে। অশায় পাজল পুমনমক মশাদা থুপচিন্দুনা লৈরম্মীবা অতিংকোকনা (অব্যক্ত ভগবান) ময়ায় পাজলশিং অন্থু কাংথোরকতুনা তেংবানবা (ব্যক্ত স্বরূপ) অসি ওয়রকই কাংথোরকইবা ময়ায় পাজলশিং অহুবু মশক পানখিন্দুনা রারী অমা ওয়না পুথোকইবা অহুবু কাংলৈরোন = কংলৈরোন কৌই।

ভাইবংপানবগী মপুনা রাংত্তনা থবীরত্তনা অসি য়োনা য়ায়ক-রবা অসিদা, মীওয়বনা পুকনি পুকচেল ফজত্রবদি অরাবা অকিবগী মশক ওয়হল্লি। অহুনা, মীওয়বগী পুকনিং পুকচেলবু অক্রবরোম-দা শেমগৎনবগীদমক; অরাবা, মুঙায়বা, নোকনিংবা, শাওনিংবা অসিনচিংবা মহাও (রস) ময়ামনা রারী মচাক ওয়রগা; পুকনিং, রাথল, লৌশিং, অরেপপা, অপাম্বা অসিনচিংবা ময়াম্মু মশক নায়হল্লগা (রূপক), কুপ্নে থোকহন্দুনা; লাইগা শমনবা মুঙায়রবা রারী অমা ওয়না পুথোকপা রারী অতগী মচুংদা লোল-লি, মনাং অমম্থু চাওখৎপগী শককম পুমনমক ফুমদুনা থম্ব:; অহুঙ্গা রারী অদুবুনা পুয়া কৌই। মসি "পুয়া" হায়রিবা রাহে অসি থুগাইহনা য়েঙগা সংবা ওমী। "পু" হায়বদি মচাকপু থংনগনি। য়ুম অমা শঙ্গোই অমা শাবা ওকঅগদবা মচাক অহুবু য়ুম-পু অমা কৌই। লী অমা শাবা ওকঅগদবা লং অতবু লীপু অমা কৌই। কবি-ত্রা অমা মপুং কাহনবা মরুবা মচাক অহুবু মপু কাবা কৌই।

হাপচিনবগম ওয়রিবা অদুবু "য়া" কৌই। কী য়ারো, থুম্মোক য়ারো, অসিনচিংবদা শিজিন্নরিবা "য়া" অসি হাপচিনবগম হায়বনি। অদুনা মীওয়বগী পুকনিং পুকচেলবু অকবা অমা ওয়ননবগী মপুং ফাবা মচাক অদু হাপতুনা থম্মোইবা ৱারী লাইরেক অদুবু পুয়া কৌই। কনাগুম্বনা ঈপুশিংনা ওয়রদা ৱারীনি হায়রদুনা পুৱারী তাযনবগু য়াওই। মাদু য়াদি য়ায় হায়রববু, কলচর য়াওদবা লোলদা ওয়না থোকই। অদুগা চৎনবাগী মতুং ইন্নদু লালি-- হাওনা ঈপু ঈপা হায়, মীতৈনা ঈপা ঈপু হায়। অপোকপা খুন্থদদু ঈপাদগী হৌই। য়াকা শন্নহৌবদি ঈপানি। থাইনা মচিনথৈদগী মথং মথং লিনবকপা ৱারীবু পথাংকোক পুথাংকোকী ৱারী হায়নৈ। মানা মানা থোকপা পংহায় হায়নবা অসিসু অতাংনা খুলিংবা মালি।

থাইনা ঈপা ঈপুশিং অদুনা হেক হায়নরবা হেক তৌনরবা (ইতিহ) শিং অদুবু, ইশিন্দুনা থনমদুনা, থনম্মীবশিং অদুবু খোনজিন পুনখিন্দুনা, অতম্মা ওযন্রে, অস্তুমা ওয়বক্কী হায়বা থংহল্লিবা ৱারী অদুবু, ৱারীশিংবুন (ইতিহাস) কৌগনি। ৱারীশিংবুন তায়বসিদি হৌজিক মতমগী চৎনরিবা চৈথারোন কুপ্নাবনা লাম্বা কংবা মতমগী মথৈবু থংনগনি। ঈহাকথক্তা খোকইবা থৌদোক অদুসু, মাদুনা লৈবাকী অক-কন্দগী পাওতাক অমা খুমজিল্লিন্তায় লৈরবদি ৱারীশিংবুন মদুংদা চনব্রগদবনি। ৱারীশিংবুন (হিষ্টরী) দি, অ-চাপ-অরেম, অক-কন্দগী য়েঙ্বগী মথৌ কয়িমতা লৈতে। ওংশংবা অদুতা ইগদবনি। অকবা

ওয়াদূনা শেমজিন শাজিন্নবা; অম্ব ওয়বদি জাতিস্মা মরা কংনা মাংত্রবা হায়বগুনি। হৌজিকী মতমদি ওয়দবা ভাংবনু সভ্যনি হায়নরকত্রে। অকবা ওয়নিংঙ্গ বদগী মীনা অকবা মশক থংদে হায়রকদৌরিবনি।

লৈশেমডেদা "চয়োল তরেৎ থোকখি। ময়াংগী রবি সোমগা মানদে। চয়োল তরেৎনা মাংত্রিডেদা মীতৈ মুত্থৎপা ওন্দোয়" হায়দূনা চয়োল তরেৎতা মীতৈবু হাপতুনা থনখী। চয়োল তরেৎ অসি মীতৈগী য়াম্না অকুবা অমা ওয়বা তারে। ময়াংগী রবি সোমদি অতিওাদা থোকইবা অপানবশিংগী (গ্রহ) মমিংনি। রবিগী ব্যাকরণনা, লোংমাইজিং পুথোকপা ওষগী মথৌদি লৈখি-দরে। অদুনদি রবি সোমগা চয়োল তরেৎকা মানদে হায়রিবসি শোয়খিত্রবা য়াদি। লৈশেম্বা হায়বা য়াতৈ অসিগী মঙুংদা, লাইরমমেন, তীলমমেন, মিরমমেন (আধিদৈবিক, আধিভৌতিক, আধ্যাত্মিক) অহুমক চংদুনা লৈ। অদুনা লৈশেমদগী থোরকইবা চয়োল তরেৎকি মমিংশিং অসিনা, লাইরমমেন. তীলমমেন, মিরম-মেন অহুমকা চাননা হন্দোকপা য়াম্ব। মীতৈনা ময়াংগী মতৌ তম্লাগ্রৈ মতমদদি, চয়োল তরেৎকি মমিং অসি লাইরম্বা ওয়না শিজিন্নরম্মীবনি। মীতৈনা হিন্দুধর্ম্মদা তাংজডেদগী শাগোল-রকপা লাইদি লাইনাং ওয়ঘরে, লাইরাম্ব চমথিদুনা অতাংগী পাংথোং তাহৌরে। হিন্দুগী মন্ত্র নক্রবদি মীতৈগী য়ায়ক থৌরম অমত্তা পাংথোকপা য়াথিত্রে। হকচাং কায়াৎ মরোং মায়দকনা, তাংথোরকপা য়াহে খোম্মোকী ইনিনম্ব মায়রিকনি—য়াকথোয়না

"ভোম্বা" কৌজবা মিং অছুবু ময়াংনা "ভুম্বা" কৌবিরিবনি ।
"চাওবা" দা "চোবা" হায়বিরিবনি । মাতংগুমম্তুনা ময়াং মরোনগী
মম অসিসু মীতৈনা ইনিন চুম্না চায়দ্রেংকপা ওমত্রিবনি । মাগীদা
তাংজহুনা থংদবা হায়বসি ওক্নোক্লা তোল্লি । "বৃথা প্রযুক্তঃ ব
বৈ বাগ্‌ বজ্রঃ যজমানং হিনস্তি" ইনিন চুমত্রবদি কান্নদে হায়-
রিবা ক্রতিগী রাথং অসিবু মীতৈগী মনাকোংদা হাপপা চল্লে ।
মীতৈগী নোংমাইজিং হায়রিবা অসিগী মাহৌরোম্না, ময়াংগী রবি
পুথোকপা ওমগদবগী ইতিকম্তু লৈতে । অদুনা চয়োন তরেৎ
ওয়রকপগী মরী থিজিন্দুনা ইশাবু ঈশানা থংজরসি ।

মীতৈ লৈপাক চায়রিবা অসিদি চাংলোন মপন্না পল শাহুনা
কোযশিন্দুনা লৈরিবা মফম অমনি । লাইমতোল কৌরুংবনচিংনা
চীংলোন মপন্না তম্পাকলোমদা ভামথরপ তোনা; ফুগাইনা শাংলকপা
থম্বাল লকা ওয়রগা, চুম্মবা মহৈ মরোংনা থম্বাল লৈবিক ওযদুনা
থমচেৎ মমায়গুম লৈরিবা তম্পাক লমজাওনি । পাবিরিগা
ইবুঙো ইবেম্মা পুম্নমক ! ঈমা লৈপাক অসিবু অমুক্নং কনগী
মিৎয়েং তাবিবু । সমক্র ইমাযেদগী রাংসবা মফম অমনু, চিংলোন
মপন্না মপানগী জগত্তগী পুমকক ককথৎকুনা থেঙ্গ্রে" রংবা
থম্বাসগুম শাংলিবনি । মাসিবু মহৌশা কৌবী লাইরেম্বগী
অম্নুমনা ফজচনগে হায়বা অনিংবা অমগী শকফম ওযবোয়দৌ-
রিবরা ? মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীনা থোয়জংনা শেমত্রবা মফম
অসিনা লাইফম ওযত্রবাদি, করম্বা মফমনদি লাইফম ওয়গদৌ-
রিবগে ? গঙ্গা, যমুনা, সরস্বতী অহুমনা চেল্লিবা মফমদা লাইফম

ওয়ন্নবা, ভারতবর্ষ নদি লাইগী মরোং লেপপ্পগা; তুরেল অচৌবা, ইরিন, নম্বুল অহমনা, কৌব্রুদগী হৌন্নবা ইথাযদা তিল্লগা লাইগী মরোং (আধিভৌতিক ব্রহ্ম) লেপপীবা মীতৈ লৈপাকনদি করিগী লাইরৈবাক ওযরোয়দগে ? ওয়ত্তম থোকই, লাইমরি।

লাইরৈবাক অসিগী লাইকম ওয়হনা সৈরিবা—কৌব্রূচীং, নোংমাইজীং, হীয়াংথাংজীং, থাংজীং চীং পুমননক অসিনদি মীতৈ-রোনগী মনিং ওয়রগা; লোক্তাক, ইকোপ, রাইথৌ, তাকয়েন, লম্ফেল পুমনমক অসিনদি মীতৈরোনগী মমিং ওয়রগা; তুরেল লাবা অমোম পুমনমকী মমিংনদি মীতৈরোনগী ওয়রগা; পুমমক অসিনা পুল্লগা ওয়রিবা লৈপাক অসিগী মমিং বু মখাং মবোনগী মমিংনি মনিপুর কৌই হায়বসিবু, অঙাংসু নত্তনা য়াভম থোকপ্রা ? কনাগুম্বা অহে অশিংনা "নীলগিরি, চন্দ্রনদি" থোনজিল্লগা, নরম চাদবা রাস্থ করম্না লোৌরসিগে ! মুন্না রাখল তৌনিঙায়নি। শাস্ত্রদাসনা শিললবা থৌশিন অদুগী মহেনা, হৌজিক অসিদা মানা মানা হায়নিংবা পুনিংবা মাইকৈদা পংছাব হাযনবকপা অসিনা, মীতৈ হায়বা ইরুপ অসিবু মাংহল্লকদোরি হায়বা উরনা, মাংহনবা শুমদনবা মীতৈগী অশোংবা মশক অছু উংতুনা লৈবাকী পুকনিং চিংবিল্লয়নি।

(গ) আর্য্যাগী হৌরককম অমসু আর্য্যাগী শকরোং শক্তম, অতগুমনা মঙ্গোলিয়াগী লৈকম অমসু শকরোং শক্তম থাত্নুনা উৎলগা; মীতৈবু, আর্য্য মঙ্গোলিয়া অনিমক্তগী অংতাপপা তোঙনবনি হায়না উৎলগী। মাহু এনথ্রোপোলোজী মতেংনা রায়েন কান্তি ওয়গনি

হায়রম্মী। য়াকম অসি হৌজিক্কী নহারোল্দদি অনৌবা ওয়না থোকল্লে। পৃথিবীগী ইতিহাস পুম্নমক তম্বা লোয়রক্তুনা নরি মথোং চাওরাকপা অমদি ইথং থংনরবা মতমনি। বিজ্ঞানগী চাওথংপনা থমথোংওহুনা বিজ্ঞাননা কদায় ফাওবা পুথোকপা ঙম্বগে হায়বহু থংনরবা মতমনি। অহল্লা মাসি পুম্নমক নৈনরম্মীবা মতমদি ওসিদগী চহি ৪০ গী মমাংদগীনি। চহি কয়া নৈনববগী মতুংদা, চুম্মে হায়বা থোনা অদুনা ওসিদগী চহি ৩১ গী মমাংদা ১৯৭০ ইংদা "অপোকপা ফুরুপ" হায়না কাছাড়দা লিংথংলম্মে। চহি ৪০ রোমগী মমাংদা মণিপূরদদি হিন্দু ধর্ম্মনা ইংরেজী তম্বা মাঙি হায়হুনা থিংনবম্বগী মনম ফাওবা কোকত্রি। হৌজিক্কী শিক্ষা অসি ফংবা মীশক্তি খুং থেকতুনা মশিং থাবা ঙমদ্রী। অহুনা মীতৈগী মমুংদা পৃথিবীগী ইতিহাস থংবা মীশক লৈত্রি হায়বা ফাওবা য়ারিবনি। ১।২ অদুক গ্যানথংখিহুনা থক্ উক্রু- বিবা কাংবু অহুস্থু সরকারগী থবক্তা লৈহুনা, ম:দামদা চংখিলনুবা ওম্বগী মথৌ লৈতে। অহুনা, মীতৈবু, মপা মপু মশক থংহন্দদুনা হিন্দু রোমদা চিংনবগী হোৎনরিবহু ভাকথোকনবগী পাঙ্গল লৈরনদে। অহুগী মথক্তা নিংথৌ য়াওনা হিন্দু ওয়ননবা হোৎনরকপা অহুদা, অথংবা কনাগুম্বস্থু মচিন কাংবা ঙমখি.দ। ফৌবম অসিদা লৈবাক্কা থংহনবা নত্তনা পান্মে লৈত্রদুনা লাইরেক অসি ইখি। মাহুস্থু, কাছ ড়দ। লৈবং মীতৈগী মাশিংস্থ য়ামদবা, থরদং লৈবা মীতৈশিং অদুস্থু শিক্ষা ফংবগী মশিং য়ামদবনা লাইরেক অসি কোং:দাকপা ঙমখিদে। মীতৈ লৈপাকতা লাকতুনা হোৎনরগদবস্থু; মতম

অতুগী মীয়ামগা চানদবা, অতুগী মথক্তা নিংথৌনা য়াত্রবদি চংথা কাওবা চহল্লোয়দবা ওয়বনা মীতৈরৈবাক্তা লাইরেক অসি কোংকী খুদোং চাবগু কংথিদে।

নাওরিয়া অহল্লা মতম চানা মিকপ থোকতুনা মীতৈ হায়বা মিং অমা পাংঙমত্রবদি, হৌজিক্তা মীতৈগী ওয়বা থরুবং কংঙরিবসি; পুম্নাং মাংথিরম্মনি। মীতৈগী থোংভমদি— মশাবু মশানা থংজদবদগী মশাবু মশানা থাজজদবা হায়বহ চপ চানা য়োরম্মে— মীতৈ মশামকনা, ইতৈ তৈত হায়তুনা মীতৈ কৌবনি. মীতৈগী মরা লৌবা য়াদে হায়নরম্মে। হৌজিক কাওবদগু কনাগুম্বা অক মুভায় থংদবা মীওয়না হায়রকপা য়াওরি। মীতৈগীনি হায়তুনা অমতং হৌদোকউবদা,— হাও ওয়রিতৈগী রাবু, শাচারিতৈগী রাবু, শম শাড়িতৈগী রাবু, মীতৈরং শেংলিতৈগী রাবু, কৈজোম থোংদায় শেংলিতৈগী রাবু, কর্ণদা চাক চারিতৈগী রাবু, ভুম্বাদা ঈশিং থকইতৈগী রাবু. গৌড়ীয়া চংত্রিতৈগী রাবু হায়তুনা ওহ্নোকনা তুক-হংজাইজনা তৌরম্মে। মংহায়মক্তা হেক উহৌথঙ্গা মতৈ মনাও চাক চামিন্নরিতৈগী রবু হায়বংমগু তোপশিলক্কই। হৌজিক্তা নাওরিয়া অহনগী আইডিয়া অতনা প্রেষ্টীকেল ওয়ররকঅবা মতম অসিদদি, মীতৈগীনিতবু হাংরবদি সনাদা সনা ওয়রকই। মাসি য়াকথোয়গী য়াম্না লাইবক কথা অমনি। শাস্তদাসনা মৈ থাখিবা লাইরেকশিং অগুসু চেজেং চেগাই থরদমক থুয়রম্মে। অকবা মচং মথৈদি— তোকপম ওবানা, শমক্রেংশাবম ওবানা, চোংথাম ওবানা, লোংশিনচৌবুনা, কাংপোং কাংপোং

লৈ-হারনরকয়ে । লৌরেশ্বর থোংনাং খাবা, কমক থেংগ্রা, অপোই-মচানা লৈকায় খুদিংমক্তা লৈয়ে । অসিগী পতিয়াশিং অসিসী বিত্তা অচু মী খুদিংমক্তা হৈনরকতুনা, মুখুম খুদিংদা মচু মচান্দু ভাক্তা ভাইহন্নরনি ।

মীপুম খুদিংমক্তা পণ্ডিত ওয়নিংঙকপা অসিমকনি; নাওন্নিরা অচন্না পান্মমীবা । মীওয়বদি অপাম্বদা ভাওনরিবনি; থাজবদা শিবা ঙন্মীবনি । অপাম্বা অমা লৈত্রবদি কনাস্থু খিঙ্জিন থোম-জিনবগী থবক তৌরয়োয় । মী খুদিংমকনা মনা খিন্নরিবা মচাকশিং অদো লেমনা থক মাঙোয় । সাহিত্যগী মচাক ওয়রে, সাহিত্যগী; বিজ্ঞানগী মচাক ওয়রে, বিজ্ঞানগী, দর্শনগী মচাক ওয়রে, দর্শনগী; ইতিহাসকি মচাক ওয়রে, ইতিহাসকি; অরাং অরাংপা মকমদা মেনশিন্নগনা, মাতৈগী রাংতনা লৈরগা হায়বদুমা ওয়গদৌরিবনি । লৈরক খুলক, হোটেল চকান, অমস্তু য়ুমথোং খুদিংদা মীতৈ কনানো হায়না বৈনরকঅবদি, মীতৈগী নি হায়বা চেক্লেং অমত্তা লেমনা মাংখররয়োয় । ঈপানা ঈপুনা মথং মথং হায়নবকতবা মতৈ পাওবোশিং অদুগু, কারি পাওতাক-নো খিজিন্নরকগনি । মতম অচৎদা মীতৈনা মশাবু মশক থঙকতুনা, অতোপপনা শেয়াম্বনা চিংবা ঙম্নরোয আর্সানি নাওবিদা অগনগী রাখুল । অহম্না ইবিরম্বীবা মথক্তা লাইব্রেক অনি আসদা ইনাক কৈরাক খুম্বা টকৈ ইশিং হৈনবা কম্না হোৎনসি । ইরন লৌতবদগী; ইহৈ হৈতবদগী মীমাম্বা ভমজ্রে হায়না কম্না লাওরগী ।

অহন য়াথং কৌবা লাইরেক অমসু ইরমী। লাইরেক অসু অহল্লা নহাদা তাকপা নহা অহন অনি রারী শাবগী মরোংদা চৎরি। লাইরেক অতনকতি ফম্বী কাইবা (মখৌ কাইথোকপা) তাকপনি। মীগী মরোনদা হায়রপা ব্রহ্মচার্য্য শিক্ষা হায়বদুগ অমতা ওয়রগনি। লাইরেক অদুদা হায়রি :—

"মরিক্তা লৌশিং কোঙাও মপৈন
মরিকী ঈচেল থোংজাও কংলমা
য়ায়বী ঈফুৎ ঈনাং তাক্লগা
য়ায়বা কোন লৈরাং লৈমন চনগনি
এনগী কৈথোং ফাংকনি
থম্মোয় লৈকোন কিক্কনি
মতাগী ময়ায় চমগনি
নহানা রাথল তৌবা মতা নি

হকচাং শিংলী তাংলী পুম্নমক ফম্বীতনা শাবনি। ফম্বী মায়েং তারগা হকচাং মাঙি। হকচাং মাঙাগা পুকনিং মাঙি। পুম্নিং লমচৎপু শাংব্রবদি মীচু হিংতুনশু কামল্লে। লৈপাক অহনা মীথা পোল্লবা, ঈরুপ অতুগী মনাং— লৌচৎ লমচৎ পুম্নমক্তা মীথা পোল্লবদি, করিদগী মীথঃ পোনব্রিবনো! হায়তুনা থিরকপদা, পাঙল লৌশিং রাৎপদগী ওয়রম্মী। করিগী পাঙল লৌশিং রাৎ-লিবনো হায়তুনা থিরকপদা ফম্বী কাইভম থংদবদগী (ব্রহ্মচার্য্য লৈতবদগী) ওয়রম্মী। মীতৈনা রাইকরীবা মরম্বী লাইনিং (পরকীয়া

'ঙস') অশিনা মীতৈ অয়াম্বা মহী থাংহল্লে (চকলা)। থিংবা ওয়ং-ল্লে (সংযম লৈল্লে)। কন্না কাইতম থংজবতদা, শোক্কল্লিবা পাক্নম লৌশিং অদু অমুক কনথংলকনি। কন্না কাইতম লাথরম্বা ঈপা ঈপুশিং অম্বনা, মপাক্কল মরৌশিংতনা, থা, থাং, নোংচুপ, নোংপোক থাইকে মরিমকপী উপশিন্নকপা য়েকনবনু ডাকথোকতুনা লিংতমনা পাল্লপী। ঈরূপ অচৌবু শেমগৎলকে হায়রবদি, ঈরূপ অচৌগী পুক্নিং হকচাং অনিমক চপ মান্ননা কনথংহনগদবনি। হকচাং কত্তুনা অন্নাবা থাংবা ওম্বা হৌনদে। অন্নাবা থাংদনা ইনিং তম্বগী মুন্তায়বা ফংবা হৌনদে। জাতিগী নহারোলশিংগী লু-তোং শেমগৎতুনা মপা কল্লবদি, পুক্নিংগী থোনা লাককনি।

কনাগুম্বা অচৌ অশিংনা মরুপী লাইনিং অসি মীতৈগী মহৌশা-শীনি। লাইহরাওবদা 'মাইবীনা লাইমাংদা অপোই শাল্লিবদু লাইদা মরা ওল্লিবনি হায়জিল্লি। মাসি ওক্কোকনা চুমল্লবা, মীতৈ-গা ওক্কোকনা তৈনল্লবা থাকম অমনি। মাইবীতনা লাইদা মরা ওয়গে নিংগবদি— করিগীদমক মাইবীতুমকনা লাইহরাওবদা লাই-মচু থিবিরিবনো? হৌজিক্তি শেমজিন শাজিন্দুনা মীতৈগী দর্শন মাংহনবা ওম্মরোয় "অমীকহ" দা ঈশ প্রত্যয় তোরগা মাইবী থোকই। মাইবী হায়বসি ঋগবেদ মন্ত্রোগি হায়জিন্দুনা নপশিন্ন তাইশিনবা য়াগদবা মানবা অমতংবু লৈরবদি ব্যাকরণনা পরণ পরণ ফায়হনা নপশিনগদবগী কন্না হোৎনৈ। মাইবীবু অমিবহগী ব্যা-করণনা তারহনা ফংবা ঙংমায়। ব্যাকরণনা নৈনদুনা শব্দগী মূপালগী মশক তি মানজবমু য়ায়। অর্থনা ফংবা মশকতি তিন্ন-

রোগ্ন। মাইবী হায়রিবা অসিদি মীতৈরোনগী রাহৌরোনতনা পুথোকপা ভুমগদবনি। মাইবী হায়বা মিংকম অসি লৈহৌ-নোং-চৌরোন থংবা (কোম্মোলোজিষ্ট) অমদা থোনবা মিংকমনি। ময়াং মরোনদা হায়রগা খবি হায়রিবা অহুনি। মাইবীনা হরাও-বগী থবক অহু লুচিঙি অমগু লাইপাও হায়। অহুনদি খবিশিংগী মলুদো শ্রান্তর্ষি অমমু কাওর্বি হায়রিবা অদুগুম্বা ওয়গনি। হৌ-জিকতা কনাগুম্বনা মাইবীবু "দেবদাসী" হায়জিনকম্মু য়াওরে। মাগুম্মু অহে-অশিং হায়বহুনি; মাইবী হায়রিবা রাহে অসিগা মরি লৈনরে। লৈহৌ-নোংহৌতৌদা "মৈবী মৈবানা" ভেংবানবসি শিনথুংনা পাল্লিং-লাংশং হুনখি। মাদুবু, মাইবীনা জগোই ওয়না নোয়হুনা নিংখিঙি। মাহু মাইবীনা শারীবা—লৈত্রায়, নোংত্রায়, শেনত্রায়, পাল্লিংলাংশং হায়রিবা জগোয়শিং অহুনা অদূমক তাক-অবনি। মহোৱনা তৌরিবা থবক অহুগী মমিং লৌহুনা, মাকোয়বু মৈবী মৈবা হায়নবদগী লৈরেং লৈতোম্না চিঙকতুনা মাইবী মাইবা তারকপনি। মাসি, মীতৈরোনগী ব্যাকরণনা পুথোকপা মীতৈরোন অশেবা মাইবীনি।

হৌজিক মতমগী মাইবী মাইবাশিং অসি য়েঙ্্রগা, মহোৱবু ঋষিমি হায়বসিদা ওক্নোকনা নোকনিংনা তারে। মুম্না শঙ্করব-বদি—নোকনিংঙ্্রিবা কাংবুবুনা হেন্নদুম নোকনিংতম থোকই। করিনা—থাজত্রবদি করিগীদমক মহোৱবু ঋষিগী থবক তৌহল্লি-রলো! মাইবীনা লাইমাং কমগা লাইপাও তানরিবা অদুবু, ঋষিশী ধ্যেয়ানদা কাওবা (অনাহত নাদ) লাইপাওনি হায়রহুনা তানল্লিবা

মত্রা ? লাইরোন খণ্ডি হায়বনা মহোয়বু, লাইগা তাইনবলুলিবা মহোয়না তৌবা মতুং ইন্না লাইগী থৌদোক পাংথোকইবা অহুনদি ঋষি নাত্রিবরা ? মাইবী মাইবশিং অসিদা ঋষিগী মতিক মযায় লৈত্রিবা -অসিদি মহোয়গী মরাল নত্তে; লৈবাকনা লানঘিবদগীনি। মীনা, ঐখোয়গী লাইনিং লমচংপু অয়ানবনি, কত্তবনি (কুসংস্কার ভ্রমধারণা) হায়জিন্নগা, ঐখোয়না থাজংনা ঈশান। ঈশ গাচ্চবু লাইথোকচনা, লাইনা ওববু লোনচাপ তাহনলুরে। মীগী মরোনগী গীত গোবিন্দ হায়রিবা ঈমা ঈচা কমিন্নচনা তাবা য়াদবা রাগৈশিং অংদা, মীতৈনা "ভক্তিগ্রন্থ" গী মপান খোপচিললুরে। জয়দেবগী রাহে লৈরোং (সাহিত্যকলা) অবুনা মীতৈগী পুকনিং হুখিচনা, মরুপী লাইনিংনা পুন্নমক্কগী অথোববনি হায়না নিংনখি। ঐ-খোয়না ঈশাগীচ্চবু লাইথোকসরমত্রবদি, মাইবী মাইবশি অসিসু ঋষি হায়বংগা মতিক ময়ায়চ চপচানা অংমক লৈরমগদবনি। মীতৈগী ঋষিগী মশিংদি, নিপাদগী হুপীনা হেল্লি। মাসি ঐগোয়গী ওন্থোকনা লেনজম অমনি।

অমী=অমাবা হায়বনি। অচনা ঋগবেদদা অনংবা লাইবেংখা বৈষ্ণবু, অমাবহ কৌই চাযবসি চুম্মগনি। অদুদা "অমাবহ=অমীব" অসিনদি মাতৈগী মাইবা পুথোকপা ভমত্রচনা, "অমীবহ" বু "অমাইবহ" ওন্থোকঅগা— অমাইবহ=অমাইব+ঈপ =অমাইবী থোকহল্লি। মাসি ব্যাকরণ হৈবগী পংতৌ তৌবা হায়বচ ওয়রে। চংশংবদি ব্যাকরণনা পুথোকপদা থন্ন রারগ তৌবা পোংতা থোকই। মাইবা হায়রিবা রাহে অসি মীতৈ-

হৃয়েংলগী তারোনখোক মঙ্গুংতা থিরবদি— মৈং+কা=মৈংকা— মাইবা ভাগ্নকপনি। হকচাংগী মৈং মুংলগা মী পি। হীদাকনা, চুংশিনা, লাইয়ানা মুংশিনবোনিনা মৈং অকনবু কায়না বনী হাংহুনা অনাবা য়েংববু মাইবা কৌই। অনাবা য়েংবা মাইকনুদি লাই-হরাওবগী থবক্তা শিজিন্নবে। অনাবা য়েংখিবা অহনুদি মাইবা ওমক কৌগনি; অমাইবা কৌবা য়াদে। মাইবী মাইববু তাগ খেন্দগী মরোননি হায়জিন্নিবসি শেমজিন শাজিনবনি।

তেংবানবগী মপুবু অপাম হুংশি রাখলগা মরুপী লাইনিং নিংঙবদি, পুকনিংনা অপাম হুংশিগী মমি তায়। পুকনিংনা অপাম হুংশিগী মমি তারবনিনা, অপাম হুংশিগী মরোংবু কুমৈ (লীলা কীর্তন) ওয়না পুখোরকই। কুমৈ মরোং মহুনা পুকনিং পুকচেল চুম্বা ওমদদুনা নিংবা উপাল মরু য়োবা ওমদে। মনায় ওয়না নিংবা লাইনিংনা পুকনিং পুকচেল নোপগী; অপাম হুংশিগী মমি শাম্মী। অপাম হুংশিবু শাম্বদি— ঈরৈবাককী হোৎনগে থোরে; নিংনা উপাল মরু য়োগ্রগে ওমে। মীতৈগী শরুদা অপাম হুংশিগী ভীলনা চিকথিহুনা, মীতৌদ হৈজিং কাদনা খোইরু তৌগে। হৌজিকসক শায়ংঙবা য়াম্নবা কন্নী কাইবা (ব্রহ্মচার্য্য) নি। কন্নী কাইতম নায়দনা— হকচাংগী পাজল, পুকনিংগী থৌনা, লৌশিংগী মতাল কগ্রিমত্তা লৈরোয় হায়বা উরহুনা মাওকমদগী শেমগৎলম্বনি (গর্ভসংস্কার)।

মীতৈরেবাক লাইকম হায়বা অমদু ইরমী। মাগী ঈশৈ ওয়াদা ইবা শৈরেংনি ঃ— "কৌব্রু চীংনা লেমহুনি, কংলা-মখি লোইথোনি, লোক্তাক মনা ল্লেকোংনি, মীতৈ থবার ওয়রবনি। অচৌবা তুরেল, ময়ায়দদু চেনবনি, ঈরীন নম্বুল অনিনা, ওয়াদা য়েংভা চেনবনি। কৌব্রদগী হৌহুনা, ঈথায়দদু থিনদনা, লাইগী মরোং লেপপনি, লেপনা লাইবু ওয়রবনি"।
কৌব্রুনা লেমহু, কংলানা লোইথোকৌ, লোক্তাকনা নাওকম ওয়-হনহুনা লাইগী মরোং লাকহুনা; তুরেল অহুমনা হকচাংগী অচৌবা শিংলী অহুম ওয়রদুনা; মালেম ঈমা পোইরৈ লৈমরু লাইগী মরোং লেপহল্লি। ঈমা লৈপাক অসিগী মথাম্লুংদা লৈরিবা লাইকম (পীঠস্থান) নি হায়দুনা কুমজা ঈরাং তৌনরিবা মকম পুম্নমক্কী শককম (দৃষ্ট) থাদুনা, শৈহেক (ক্রেকেওলোজী) মথক কয়াগী ঈশৈনা পুকনিং ত্থী। লমমিং-তুমিংশিং অহু থাহুনা শকলকপদা, মীতৈ লৈপাক ঈমা ইবেম্মনা মচাশিংবু করমনা থাকহুনা য়োকইবগে হায়বা ঈমাগী অপুনবা শককম অদু মথুং কানা হেক উহল্লি। ভারেমা, থুমলৈবা, শিরেম্মা, কৌরোয়বী পুম্নমক্কী লমমিং তুমিং নিংখিহুরগা, মচা য়োকপদা মীপান তাংদবী, রাংভ পাদবী (পাথবী) ঈমানি হায়বা থংজে। ভানে, থুমনে, লশিংনে, কৌনে খোকঅবা লৈপাক অহুদি, ঈমা লৈমরেম্মা মকম অসিদদু মী পোক্তনি হায়বা থংহুনা লেংনা চাবনবা রাংভনবা থমীরমবা লাইরেবাকনি হায়বহু পুকনিংদা কাওহল্লি। লৈপাক অসিদগী মী পোকহুনা, মহৌরৈকগী হৌনা

মী অঙবক লৈরকয়ে হায়বস্তু, শেংনবা চানবা মাংডবা লৈরবীবা অসিনা খংনজম খুদমনি হায়না থৌনা কনা হায়বা ওয়েহল্লি।

---

নোঙ্গা লম্বী হায়দুনা অশিরমগী ঈশৈ অমসু ইরম্বী।
"কংলা য়ায়কুং থারগা, লোলাম্বুংবু কাগনি, থারম পাংনা কুম-পনি, ওংথরেনবু তানগনি" হায়না লম্বী তাকই। থারম পক্কেং-দগী পুখৎলকতুনা-- লাংজিং, খুম্বনা মিংসনা তাবা লোকপুংচৌং, য়াবা কে লাওবা কম্মাংচাং, মিংশেনখোং, থোংজাক, লাংগোন, খোংহানপাৎ, মকোই মুংগোই, ঈঙোরোক হায়দুনা লৈরিবা খমনুং লম্বশিং অসি থাডনা মুংশিরবা ঈশৈ অমা শেম্মী। ঈশৈ অদু তানদা কল্লবা থম্মোয় কাওবা মুংরোন্দবা ওমদে। তাইবংগী দা খনত্রবা, লাইবু থাজবা ওমত্রবা, পোৎশকবু থাজত্রবা মীশক (মেটিরিএলিষ্ট) অদু কাওবা, ঈশৈ অদু তাবদা— হকচাং অসিনা মাত্রবদসু থৌরায় মিদি মাংদনা তৌজমল মহৈ পুডনা চংথি-খোরে হাযক্‌মা হেক কাওদন্দুনা, ওাইহাক্কগী ওয়রবসু পুকনিং মুংরোনব, থক্কবা অমদি পি। খমনুং লম্বীনি হায়দুনা পল্লিবা পুনবক অসি নাওরিবা অহল্লা নৌনা শেম্বা নত্তে। মীতৈ ঈপা ঈপুনা হায়নরম্বনি। হৌজিক কাওবদসু মমিংশিং অসি মাংদনা লেবগা লোনননা, অসিরমনি হায়নরকপা অচমসু কোকত্রি। অকমশিং অদু উকরগা মুংশি মুংরোনবা পোকতুনা থরক্লি।

খারিবা থমস্তুং লম্বী পুন্নমক অসিদি মন্থুংগী ঈচেলবু মপান্দা মশক পান্দুনা তাকপনি । মিনা (আম্ব) হকচাং থা দোককুনা চংখিবদা খোৌরায় মস্তা পূম্ননা চংখি । মিনা খোৌরায় মস্তাবু চিন্তকপদা, খোৌরায় মস্তানা মখং মখং থাদোরকতুনা শিবা ছোৌরকপা মকমশিং অদুবু অশিরম কৌবতনি । পোংশকী মশক ওয়বা হকচাং অসিদি, পোংশক অস্তুদা লৈরম্মীবা মগ্নার অদুনা চমত্রগা, লেমহৌরিবা পোংখি অস্তুদি মপুং ওয়বা পোংলমশিংদা তিনখি । মরায়শিং অদুনা মিগা লোয়নখি । খোৌরায়-মিনা চংখিবা লম্বীদি ওগন্নগী থারম পক্কেংদগী হাইগংলকতুনা, ঈংতো-রোক খোৌরগা কৌক্রদা তিনথ্রি । কৌক্রদি লেমফুনি । শিরগা খোৌরায়-মিনা লেমফুদা চংথ্রিবা অসিদি, লাইনিং পুকনিংদা থুং-থ্রিবা মীশকনা য়োবা ওম্বা নত্তে । থমস্তুং লম্বী অশিরম হায়বা ংমা মীতৈগী লৈরম্মীবা অসিদি লাইনিং পুকনিং থুংনবা লম্বী তাকপনি । অদগী মথক্তা পিথ্রাই-খোংত্রাই-লোন (বৈজ্ঞলোজী) থডি হায়বা অমস্তু তাকই ।

---

"লাইপাও" হায়বা লাইরেক অমম্তু টরম্মী । শৈরেংনি । লাইরেক অসি চৈরাক (শাস্ত্র) লাইরেকনি । লাইনা মীওয়বগী পুকনিং লৌশিং ওয়ননবা ত্যাকসকপনি হায়তুনা লাইরেক অদগী মমিং "তেংবানবা অমম্তু লাইনিংথৌ লাইপাও" কৌই । লাইরেক

অঙুগী অহোবদা—

> "হোয়ো হোয়ো পাম্বিষোই
> মপুগী পাওবু লাকয়ে (ইঙোশিং)
> হোয়ো হোয়ো পাম্বিষোই ॥"

শৈরেং য়াহে অসিনা হায়রিবদি -- মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীনা, ঈমিকুপ অমতংগী লালহাং লৈত্তনা খবককী মখক ওয়না ভেংবানবা মপুগী পাওবু তমদুনা, খবকনা, "হোয়ো হোয়ো পাম্বিষোই" হায়দুনা হোদোকই। মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীনা, মচা মনায় তাইবংদা চেন্নিবা পাও অদু, নাওরিয়া অহয়া তারদুনা লৈবাকী ইঙোশিংদা পাওখাং তমজবনি। মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীনা, মচা মনায় তাইবংগী য়ায়ফনবগী দমক মিকুপ অমতং কাওবা পোংথাবা লৈত্তনা খবক তৌরি। মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীনা তৌরিবা খবক পুমনমক অতুগী মরুপদি; ঈপুরোয় অপোকপা লৈ। ঈপুরোয় অপোকপা কাওবা, মহৌশাগী মতেংনা তাইবংপানবগী য়ায়ফনবা শিন্নি। তাইবং মরূপ খিংবিকপু মপুগী পাওতাক লোত্তুনা তাইবংগী য়ায়ফনবা তৌরসি; অপাম মুংশিগী মঙ মঙহুনা তুমহুনা লৈবদগী মিকপ খোকঅদি হায়দুনা পাওখাং চেন্নবনি। তাইবং-পানবগী ঈমানা পোরকপা পাওনি; মিকপ খোকঅবা মচানা, ঈমাগী পাও অসিবু মচিন মনাও খিবিক্ত চেক্কোক্কবা য়াদে। মিকপ খোকত্রিঙেদি খোকত্রিঙেনি, খোকঅদদা তুমিন্না লৈখোকঅবদি মপুবু মীয়ামবা খোকই। তাইবংপানবদা লাকপদি মপুনা শিরকপা-পাওখোম পুংনা ঈথৌনাবা লাকপনি। তাইবংপানবগী য়ায়ফনবা

থৌনাশি (কর্ম্মযোগ) হায়না হৌদোকপনি ।

লাইরেক অসিগী ময়োন মচং ওযনা লৈবিবদি— "ঐ" হায়রিবসি কনানো হাযনা নৈনবনি । ঐবু হায়না থিবগা, ঐনু খংঙবত্তদা ঈপুরোযবু ফংবা ঙমগনি হায়রি । হাইবং হকচাং অসিগী মথুংদা ঐনা ময়োন পৌরোন ওয়ত্তুনা কায়'ৎ ক'ং'পাৎ অসিবু থোরিবনি হায়রি । ঐ অত্তবু খংবা ঙম্মনবা পাম্বে— তেংবানবসি কমদোনা ওয়রিবনো । পোৎশক হায়বসিনা কযানো, ময়ায়না কযানো, পোৎশক্কা ময়ায়গা মবি কমদোনা লেনৈ । মচুনা কযা গুই, মহাওনা কয়া গুই, অমগা অমগা খেন্নরিবসিনা কনাগী থৌশিন্নো । হিংত্তুনা লৈবিবা অসিদা পুকনিনা কাব ওয়বি । পুকনিংগী পুকচেল কয়া গুই । মীওযবগী যেক্কবা •রুক হায়ৎদুনা কনা কনানো । পুকনিংবু চিংত্তুনা পুবিবা— মুংঙাল, মুংনাঙ, মুংবঙ কোবা থোরি ( সত্ত্ব, রজঃ, তমঃ গুণ ) অসিনা কবিনা ভাবনো । চিঞ্জাক্কা, পুকনিং লোশিংগা বনদোনা মার লৈনরিবনো । কয়ম্বা চিঞ্জাকনা মুংঙাল চিঞ্জ কনো, কয়ম্বনা মুংনাঙ চিঞ্জাকনো, কয়ম্বনা মুংবঙ চিঞ্জাকনো । লিপ মুপ, লাব অমোম থাযবিবা অসিনা কনাগী থৌশিন্দগানো । নহাল মপোক্কী তম্মকপা হাযবত্তুনা কৰিনো । কদাযবুনা ভাইনংপানবা কৌই, কবিবুনা তেংবানবা কৌই । লাইবমদেন, তীলমমেন, মিরমমেন কদায়বু কৌই । পুম্মনক অসিবু তাকপা মীতৈগা চৈরাক লাইবেক (শাস্ত্র) নি । শাস্ত্রদাসনা মৈ থাঘিবদগী মতুং ভারকপা ঙসি ফাওবদদি, মীতৈগী ওয়বা শাস্ত্র লাইরেক্কা শাপা

তৌদুনা থোবকপদি মসিমতা ঙাইরি ।

লাইপাও হায়রিবা লাইরেক অসি মীতৈগী অতুপ্পা লাইরেক্কী লোংথোকতুনা ইবনি হায়বা পল্লমদে । অদু ওয়হুনস্থ লাইপাও হাযবিবা মমিং অসিদগী নৈনহনা থিববদি— মমিং অসিমক লাই হবাওবগী লাইপৌদগী লৌহুনা থোনখিবা ওয়বা তায় । "লাইপৌ" হায়বসি মীতৈরোন্দা করিস্থ খংনবা য়াদে । লাইপাও হাযবদগী থৈখিহনা লাইপৌ তাখিবনি । লাইপৌ ঙ-ঙাইদা— ঙগোইনা অমস্থ ঈশৈনা মীতৈগা শাস্ত্রবু তাক্লী । মীতৈগী লাই হব ওবা হাযবিবা অসিদি মীতৈগী মশক অদু মপুং ফানা উবা যাবা হকচাং চনবা মিংশেন অমগুম্বনি । ইবম্মীবা মচাকশিং অসিদি অহনগী থম্মোযদা কাওবা (অনাহত নাদ) লাইপাওনি । অং ওযনবদি করিগী মমি‚ অসিগী দমক নৈনবিবনো হায়গনি । মমি‚ অসনা কান্নবা নৈ । মাদুদি— লাই হরাওবা হাযবসিদা মীতৈ কলচব পুম্নমক্কী হৌবকফম ঈফুংনি হায়বহু অহম্না থিন্দুনা তাকঅম্বনি । অদুনা হৌজিক অসিদা ঐগোয়না, লাইহবাওবদগী মীতৈগী শাস্ত্র পুম্নমক হাংতনা কঙগনি হায়বহু থাজবা ঙম্মী ।

---

শা|য়োন তরা কৌবা অমম্থ ইরম্মী । মাসিম্থ শৈরেংনি । ইশৈ আসগী ইচেলদি— ঈপাগী লেমফুদগী লাকতুনা ঈমাগী নাওফমদা থা তরা লৈরিহৈ মতম অহুদা শায়োন মরি । পোক-

পাদগী তাইবং খোংদারকতুনা তাইবং থোদোল লোম্বগা শিবা কাওবদা শায়োন তরুক। অসুম তৌবা শায়োন তরাবু শরুক অনি খোকনা থায়দোকই। তেংবানবগী মপুনা তাইবং কুম্মে য়াওগে হায়রুনা তাইবং ওয়না শায়োন তৌরকপদা, মতৌ অসুম্মা শায়োন তৌবনি হায়রুনা মপুগী শায়োন তরাবু অসুম্মা পুরি। মাসিনা ঐখোয়দা থমুং লাওমিৎ (অধ্যাত্মিক দৃষ্টি) অও ময়েক শেংনা পাংহল্লি। শায়োন খুদমকী মপুগা মতিক মঙল অতু থাওনা শকপা, পরে ৭৪ না শাবা চাওরবা শৈরেং অমনি। য়াহৈ অনমমদা য়াহৈ খোংথাং অহুম অহুম্মা শাবা, য়াহৈ মরি মরিনা পরেং শাত্তুনা লেংবা শৈরেংনি। পরেংগী অবোয়বদা তাবা— দা দা, না না, পে পে, অসিনচিংবা য়াহৈগী তারকপা অত্তম্বু মাননবা শেম্মা। য়াহৈ হোংদোক হেল্লিজন য়াবা শৈরেং নত্তে, মসুংগী ঈচেল অত্তু কয়বা য়াবা নত্তে। অসগুম্বা শৈরেং অমদা, য়াহৈ খোংথাং অহুম অহুমনা শাবা য়াহৈ মার মরিনা লেংবা পরেংদা; য়াহৈগী অরাধবদম্বু মাননবা পুরকপা, পাবগা ঈনিনম্বু মুত্তায়হনবা, য়াহৈনা খংহাম্লিবা অত্তম্বু ময়েক শেংহনবা, মাসি ইলাহ লহবা থবক অমদি নত্তে। শেবে অসি পাবদা ঐখোয়বু শৈরেংবগা মিৎ অনম্বু পাংহল্লি।

---

"থাইন নোংইন" কৌবা লাইরেক অমম্বু অহন মশামকনা শাপা তৌদ্রনা ফোংত্তম্মে। মাদুম্বু শৈরেংনি। ইচেলদি—তাইবংগী

অপাম মুংশি রাখল অসি পুমথা থাদোকতুনা লাইনিং লম্বীরোমদা
পুমচং চংখিল্লুনা তাইবং ঈশৌ লাংবসি কোকওল্লগা, থাবলগুমা
ইংনা চিকনা ভালবত্ত তানবা রাখল মরেং অমা। মাদুবুনা
থাইন চেক্লা হায়না মশক পাল্লে। তাইবংপানবা হায়বশিদি
মপুগী কুমৈনি থাদোকপা যাদে। তাইবংপ নবু থাদোকমবদি
তাইবংদি লেপনা মুংলগনি। মপুগী কুমৈ'দ কবি শুধবনি।
ঈচাগা ঈগুগা মুক্তায়না য়ায়ফনা পান্দুনা, লইন লম্বী তান-
গদবনি হায়তুনা তাইবং রাখলনা মপুং ফানা চৎপা অমা।
মাচুবুনা নোংইন চেক্লা হায়না মশক পাল্লে। চেক্লা অনিসি
অহানবদা লাল তৌনহল্লি। অমনা অমবু লাক্চহন্দে। অনিমক
রাতুনা লারবা তোকতুনা চিনফেম্না হায়নহল্লি। মাইকৈ তবা
খুমংংনা খোনা লাওনা ফুইনা চুবম্না নাইগিংনা মাইকৈ
তরা শেংঘবে। নোংপোক মাইকৈ পাবদা চিখৈ ভান্দ্রা, হুন-
ঘবে। অহিং কুমৈ লোয়দুনা থাইন নোংইন অনিমু মতুনফমদা
হুনঘবে হায়দুনা থাইন নোংইন অনিমক্তা থৎনবা লোয়শিল্লি।

থাইন নোংইন অনিগী লাল শমমু থংনরিবা অসিনা
পিরিবা পাওতাক্কি— লাইনিং লম্বী হায়বতুনা অথোয়বান।
অত্নুম্লাদ ওয়রগা, তাইবং খোংদারমদনা পুমথা থাদোকতুনা চৎ-
প্রবদি তাইবং মুথৎপা থোকই। তাইবং মুথৎপদি চুমদে।
তাইবংপানবগী মপুনা, তাইবং মীওইবদা তাইব, শরুনবগী মচাক
অত্নু পিতুনা তাইবংপানবদা থারকপনি। মপুনা পিরকইবা মচাক
অত্নু, মপুগী কানগদবা থবক্তা চাদিং তোথোকনম্মনা পুন্থনা

ছুমংব্রবদি মপুগী মরল শিংদোকঅমদবা ওয়জবা তানবা ( স্বার্থ ) হায়বা অমা মঙোল্দা পকয়ে। মপুগী মরলবু শিংদোকঅমত্রবদি কোকথোকপা ( মুক্তি ) হায়বত্তদি কমদৌনা ওয়গনি । মাগী তোঙানবা করিস্থ য়াওদে, পুম্নমক মপুগী ঙাক্কনি। মহাককীনি হায়না চাওথোকচরিবা মপাঙ্গল অত্তস্থ, থৌরায় পানবশিংগী কাননবা নোম্মুনবা মপুনা পিরকপা মপুগী মপাঙ্গলনি । মপাঙ্গল অদুনা থৌরায় পানবশিংগী কাননবা নোমমদনা, মহাও লৈথায়দনা, ঊম্নুংদা ফমদুনা লৈত্রবদি, মপুনা পিবকপা পাঙ্গলগী লমনদি কম্নিনা শিংগনি । পাঙ্গলস্থ লৌশিংস্থ মপুনা পিবনি । তাইবংপানবস্থ মপুনা শেম্বনি । অত্তুনদি— মপুনা পিনবিবা পাঙ্গল লৌশিং অদুনা, মপুনা শেম্মীবা তাইবংপানবগী য়ায়ফনবদা শিজিন্নদবনি হায়বা পাওতাক অমা ফুম্মী।

লাইনিং লম্বীনা অথোয়বনি হায়ত্তুনা মাং থাত্তুনা থম্মগা, তাইবংপানবগী য়ায়ফনবদা পাঙ্গল লৌশিং শিজিন্নবগা লাইনিং লম্বীত্তু ফংগদৌরিবনি হায়না চংঝিল্লকই । মাসিবু থাইন নোংইন অনি য়ানঘরে হায়না লাইনিং লম্বী তাকই । লাইনিং লম্বী অসি তাক্লকপদা অপাম মুংশিগী মমি তাহন্দে । মহৌশা কোবা লাইরেম্বীগী অপুনবা শকফম অমা লাকশিন্দুনা-- শিংলিবা মুংশিং, শাংলিবা লৈগা চরোং, পাইরিবা লৈচিন পরেং, থোকইবা নোংজাবী, কুপশীবা নোংথাং পুম্নমক অসিনা মহৌশা লাইরেম্বীগী কীজেং লৈতেং ওয়রহল্লি, জগোই খুৎথেক ওয়রহল্লি । অত্তগুম্বা ঙুগোই অহুদা, "কুমৈ রেংথো পারিদি মিংচি লাংদা থুত্রে" হায়ম্লি।

ম্যাসিনা তাকপদ্রি-- লাইনিং পুকনিং চুমহনা মুনঞ্জে। পুম্নমক্কা ল্যাই লৈ হায়বা উরব্বনা ল্যাইগী মশকমক্কা ওয়না উঞ্জে হায়খনি। খোনাদি য়াওদনা, হুভায় লাইনিংদা পুকনিংতম্না নিংঝা অহুতি পুয়ে হনগনি হায়রি।

---

"শকোক" কৌবা মীতৈগী কংলৈরোন অত্তমম্ভু অহম্না থিজিন্দুনা থম্বীরম্মী। লাইরেক অসিবু শকোক-শলাই-থীরেন হায়নম্ভু কৌই। পাথংবা শকোক কংলৈরোন হায়নম্ভু কৌনবা য়াওই। লাইরেক অসি ফংবদগীনি অহম্না মীতৈ মশক থঙক-ইবা, অমম্ভু মীতৈগী করিমতা বাংতনা লৈরে হায়বা উরদুনা, খোনা কনা মীতৈগী মরি মথোং পূখোকঅম্মীবসি। লাইরেক অসি অহম্না য়াম্না অরুবা লাইরেকনি তাকপিরম্মী। শান্তদাসনা মীতৈ মরি মথোং মুথংলগে হায়তনা লাইরেক মৈ থাংতদা, মৈনা চাকপা ওমদদুনা চিংথহোরবা লাইরেকনি। মরি মথোং মুংলুববা ঈপা ঈপুবু, লাইরেক অসিগী মপান্না, ঈপা ঈপুশিং অংনা হৌজিক্কা নোনা চোংথোরকতুনা, মীতৈ মশক তাকখরি-বনি। লাইরেক অসি ঈপা ঈপু পোকপা পাথংবা লাইমককী মশকনি। অমাং অশোয় ননবা য়াবা লাইরেক নত্তে তাকপিরম্মী। অহুতৈ মীতৈনা ময়াংগী ধর্ম্ম চংলমদায়দা, লাইগী লাইপাও তাবদা —ঈবুধৌ পাথংবনা, ঈচা ঈনায় মীতৈ "মথৈনা"-ময়াং লাইসিং

লৌরো তারবদি, পাথংবা য়াকতি ব্রহ্মগায়ত্রী শমজনিংদ; খৌরেং লৈথোম লৈতবা লমদা লোৎথগে হায়দুনা, মাইবীবা লাইপাও ফাওথি। অদুনা ঈবুঙো পাথংবনা য়াৎমদবা ময়াংগী ময়েকনা উনম (ছাপা) তৌত্নুনা লাইরেক অসি কোংদোকনু ! তাকপিরম্মী। মরম অদুনা, মীতৈ মকপনা মীতৈ ময়েকী থৌরাং তমজদবদগী, লাইরেক অসি ফোংগদবনু পনথহুনা লৈরি।

লাইরেক অসিগী মনুংদগী পন্দুপ মতেক অমা—ঈপুরোয়না লাইজ ঈরোনমুংদগী মালেম লৈশা চিংথৎপদগী হৌরগা; শোরারেল্লা লৈশেমধুনা, চয়োন তরেৎ চোংথোকথিবা; সন্নমহী পাথংবা পোক-তুনা; সন্নমহীনা নোংথোং কোইবা; পাথংবনা ফানথোং কোইবা; পাথংবনা য়েক তরেৎ পোকথিবগী রারী তারকপা ফাওবদি শৈরেং ওয়মা ইথোকঅম্মী। রাহে খোংথাং মশিং মাননা তেন্না তেন্না পরেং শাহুনা পাবদা মুঙায়হল্লি। মাহুনা, লাইরাশিং অদুবু চিনফা পুবা তম্নবগী পাম্বৈ অমা ওয়।

পাথংবা কংলৈংরান কৌবা রারী অসিগী মনুংদা, ভসি ফাওবদা মীতৈগী লাইনি হারত্নুনা থুরুম্নরিবা কুমজা ঈরাৎ তৌন-রিবা; য়ুমলাই, উমংলাই হায়দুনা লৈরিবা লাইশিংগী মনুংদা, লৈশেম কুংশেমলগা, তাইবং মী শেম্মী, তাইবং চাদ-নাওতা শেদোকই হায়ত্নুনা মীতৈনা অকাওবা লৈত্তনা হায়নরকইবা লাই তরাহুমদোইগী মশিং য়াওরি—শোরারেন, লৈমরেন, সন্নমহী, লৈমরেন-হাইধবী, পাথংবা, পাথংবগী লৈমা, তরুক অসিগা য়েক তরেংকা লাই তরাহুমদোইনি। লাইশিং অসিদি মীতৈগা অহুমক শাগোম্ন

য়কঅবা, ওসি কাওবদা থাদোকপা ওমত্রিবা লাই ওাক্তনি। ত্তাইবং ভারকপগী মমাংদা, তেংবানবা ওয়ভৈগী মতংদা, লাইজা ঈরোনসুংদগী মালেম লৈশা চিংথৎতুনা তেংবানবা ওয়ভৈদনা লাই ৩৩ শুই। মাতুদি— ১ ঈপুরোয় ২। ঈভারেন ৩। থেঙ্গুরেন লৈসা ৪। ওকছারেন ৫। অপামথোইবা ৬। নোংশাবা ৭। লৈমতোনবী ৮। হেলোয় তরেৎ ৯। ঈরাই পুরেন ১০। পাঙ্গনবা ১১। মী-থরো ১২। লাই-থরো ১৩। মুমিৎ ১৪। থা অসিনি। ১৪ অসি হেলোয়দি ৭ শুত্রিবনিনা লাই ২০ শুই। লাই ২০ অসিগা, মথক্তী ১৩ অহুগা পুন্না লাইনে হেলোয়নে ৩৩ শুই। সনামহী পাঙ্গবনচিংবা য়েক তরেৎপুনা যুমলাই হায়না থংনরে। শোরারেন্না উমংলাই কৌঘরে। শোরারেন্না উমংলাই ৩৬০; শারোয় ৬০ পোকখ্রে। উমং লাইসু চাদ নাওতা শনখ্রে; লাইগী মশিং য়ামখ্রে। শকোক কংলৈরোন হায়রিবা অসিদি চাওত্রবা রারীনি। মাসিদা, লাইগা শারোয়গা লাল তৌবগী রারী; লাইগা হাওগা লাল তৌবগী রারী অচৌ অচৌবা য়াওরি।

অমুক নিংথিনা মপুং ফানা চাওনা লৈত্রবা মীতৈগী কংলৈরোন (বেদ) অসিবু পুম্মুং হেক মুৎথৎলগা, মহাদেবনা ত্রিশূলনা চীং থিমগাইতুনা, চীংমুংহুৎতা ঈশিং চিংথোকঅগা লৈশেমখি। মহাদেবনা দেবীগা লোয়নবা, কৃষ্ণগী রাস লীলাবু মফম অসিদা লাই হরাওবা কৌহনা শানখি। অনন্তনচিংবা লাইয়াম্না পাতালদগী লাকতুনা হরাওবহ য়াওখি। অনন্তনা মনি চাইখি হায়তুনা, লৈপাক ক্লদিগী থঙিংসু মণিপুর থোনখি হায়রব'মা কদায়দগীনো পাইশিল্লক্তুনা

নপশিন্নে। মাসিদি, তশেংবা শেমজিন শাজিনবনি। মীতৈগী করিগুম্বা পুন্না অমতদা, মহাদেবনা ত্রিশূলনা চাং থিনগাইদুনা লৈশেমখি হায়রবসিগী য়ারী ফংজোয়। য়ারী অসি যাওবা পুযা- শুগী মমিং, অদু কৌই হায়বা শুসি ফাওনদা মমিং তদ্রি। "ধরণী স হিতা" কৌবা লাইরেক অদবু মীতৈগী পুযানি হাযবদা করমনা য়ারসিগে। ধরণী সংহিতা হায়রিবা লাইরেক অদুদি রঘুনাথ ভট্ট কাব্য নির্ণয় কৌবা নিপা অদুনা ইবনি হায়নরি। ময়াংনা ইবা লাইরেক অদুনা মীতৈগী অশেংবনি হায়না লৌবা তাববদি, মীতৈগী সন্নমহী পাখংবগী য়ারী লাইরেকশিং অসি শেগাইদুনা মাংহনবা তারি।

চৌজিক্কী মতম অসিদদি সন্নমহী পাখংবগী য়ারী লাই- রেকশিং অসিবু মাংহনগদবগী কন্নন্নু হোৎনরকই। বেদগী "শ্রুনমহা" দগী = সন্নমহী থোকপনি, "জ্ঞ" দগী পাখংবা থোকপনি হায- জিন্নকয়ে। মক্লুংগী অর্থ থিবগা মপানগী মশকন্নু হেংদোকতুনা মীতৈগী মরি মথোং মুংথৎকে হোৎনরি। মথুগী শাগেবু মাথন্ন কৌই। মাথন্নবু লৌকিক সংস্কৃততা মিথি হায়খি। মিথিদগী মিতৈ থোকখিননি হায়জিন্নকয়ে। মিথিগী লৈকমবু মিথিলা কৌই। মিথিলাদগী করতোয়া তুরেন লান্দুনা লাকঅগা খুন্দা- খিবনি। মিথিশিংনা খুন্দাখিবা নকম অদুবু "মিথি+পাট= মৈতৈ লৈপাক" কৌই। প্রত্নোকস=প্রাচীন ভবন=মুমফাম কৌই। মুমকাঙ্গ হায়বসি বেদ মরোনগী অর্থনি হায়জিন্দুনা মৈথোয়গী মরি মথোং পুমনমক পুমুং মুৎথৎপা হোৎনরকই।

সন্নমহীদি নোংচুপ লোমদগী মরাদা মৈ উমদুনা লাকই, লাইবা হংবদা থুমদে মরে লোম্বী হায়রুনা পুরেলোম্বা কৌই। সন্নমহীগী মিংথেরোন অমদা খোংনাং অরিবা কৌই। খোংনাং হায়বসি মীথেরোন্দা, নোংচুপতগী খোরকপা ময়াং অরিবা চায়বনি হায়জিন্নি।

রাকমশিং অসিবু, শাস্ত্রদাসনা মীতৈগী লাইরেক লোইনা মৈ থাজে. মীতৈগী মরি মথোং থিবা কংগরোম হায়রুনা, নোংমা অমুক বেদদগী শমজিন্দুনা মীতৈগী খোঙ্গুন মুংথংলবা হোংনবা গুরোমদোরিজ্রা? সন্নমহীবু "জেনমহু" হায়রিবা অসিদি রাহৈ রাজা নকশিন্নবা রাবা থিজুনা শেমজিনবনি। বেদদা মীথেরোন য়াওরবা হোনদে। মহুংগী তাব অমা মায়রবম্ব মপানগী রারী তিয়রোয়। মহুংগী পোংপুদি তাইবংপানবা পুন্নমকীম্ব অচুম্বা অহমতনি। মপানগী রারীহুনি মাগী মাগী হায়দুনা তারকইবদি। রারীহু খোকননবা, নিংজিবা থল্লিবা অহুনি, মাগী মাগী সংস্কৃতি হায়দুনা তোঙান তোঙান লৈরিবদি। করতোয়া তুরেন মপান্দগী আর্য্য হিন্দুগী ব্রাহ্মণশিংনা মীতৈ লৈপাক্তা লাকপদি নিংথৌরেন কিয়াম্বগী হাক্তকনি হয়নরি। হিন্দু ব্রাহ্মণসিং অহু মুসলমানশিংনা তানথায়রকহুনা করতোয়া তুরেন মপান্দা থুন্দাররনি। করতোয়া তুরেন মপান্দা হায়রা থুন্দারম্বা কাংবুনা, ব্রাহ্মণশিং অহুবু মুসলমানসিংনা অমুক তায়রকঅবদি, মহৈয়ম্ব লালনংবা য়াওনররনি থলহুনা, নোংপোক পাংনা চৎলু, সোরারেনগী লৈপাক অমা লৈবনি, লৈপাক অংগী মীওয়দি য়ামনা থুকন পাঙলবনি, মকম অহুদদি মুসলমানশিংনা চঙকপা গুম্বোয় হায়দুনা ব্রাহ্মণশিং অহুবু

মীতৈরৈবাক্তা থারকখিবনি হায়নরি। ব্রাহ্মণশিং অহুনা লোংপোক্ত পাংনা লাকতুনা আসাম্মদা থরা থুন্দোক্খি। নবীদা থরা শিহৌই। মীতৈরৈবাক্তা থম্না চঙকখি। মতম অহুমদি মীতৈ নিংথৌগা আসাম নিংথৌগা মরূপ ওয়রতুনা চাং নবীদা থরু থরা কাওনরে হায়নরি। মাসি নাইতে য়ামনা চায় ওয়তম থোকই। মাসিগী মমাংদা মীতৈরৈবাক্তা আর্য্য হিন্দুশিংনা লাকখিবগী য়ারী অমত্তা কংদে, থুদমম্ লৈতে। শঙ্কর দেবনা, ভাগবতকি দশম স্কন্ধবু আসামী মরোন্দা পয়ার ছন্দদা ইথোকপা দশম কোবা লাইরেক, আসমী ময়েক "র" মপুক কাংপীনা ইবা, লাইরেক অদু কিয়াম্বা নিংথৌগী হাক্তক্তা মীতৈরৈবাক্তা চঙকপা হৌরে। মাসিগী মমাংদদি মীতৈনা হিন্দুধর্ম্মগী মনম কংত্রি।

সম্মহীবু, ময়াদা মৈ উমতুনা লাকই হায়তুনা পুরৈরোম্বা কৌই। থোংনাং অরিবক্ত কৌই। থোংনাং অরিবা হায়বদি মনিংলোমদগী লাকপা ময়াং অরিবা হায়বনি হায়তুনা বেদার্থ হৌরিবসি, মীতৈগী নাকোংনা ওক্কোকনা নামুনা তাথরে। শকোক কংলেরোক্না— "সম্মহী য়াথরেনগী মুংশি মিথয়েং লমদগা, শরোন লৈমবেনগী মুংশি ময়োন ছনথরে, পুরৈরোম্বা পোকথরে তাইনং সম্মনগী"॥ হায়না লৈ। মীতৈগী, সম্মহীনা পুরৈবেম্বা পোকই হায়বিবা শকোক লাইরা থরদং অসিদা; ওক্কোকনা য়াংত্রবা দর্শন ফুনহনা লৈরিবনি। অসিগুম্বা লাইরামক্তনা লেংত্রবা শকোক কংলেরাম্মি। মীগীদু মাংহন্দনা পুথলককতুনা বেদগা চাননা অর্থ তৌরকপা বেদার্থ অদদি অচুম্বা ওয়গনি। মীগী

পোৎ থরা লৌরগা, মীশিংগী মুৎথৎতুনা বেদার্থ তৈরবদি, তৌরিবা বেদার্থদু লাল্লে । বেদনা মীগী মরন মা হনলু হায়রম্মোয় । "পুরৈরোম্বা" হায়বসিদা য়াওরিবা দর্শনদি – নির্গুণ ব্রহ্মনা তেংবানবা ওয়নুনবগী দমক সগুণ ব্রহ্ম ওযরকইবত্তবু মীতৈনা সম্নঙ্গী হায়রিবা অসিনি । তাইবংপানবগী দমক পরা প্রকৃতিনা অপরা-প্রকৃতি ওয়রকইবত্তবু মীতৈনা লৈমবেন হাইধবী হাযরিবা অসিনি । তেংবানবসিগী মতম অমদা, মালেম লৈপাক লৈম.স নাপী শিংবী উরী উপান চৌবা য়াবা, থোল্লায পানবশিংনা পোকপা যাবা মক্ষম ওয়বমদে । মতমনা কুইরকঅদুনা শারম্বদগী ইংধরকঅদুনা, হুমিৎকি মৈশানা য়ৈবগা মনিন কারকই । মাদুনা মরম ওয়-বত্তুনা, ঈশং কারকই, পান্দোং মচা হুল্লকই । মাদুদগী মথৎ মথৎ নাপী শিংবী উরী উপান হৌরকই । থোল্লায পানবশিংসু লৈবা যাবা মক্ষম ওয়রকঅদুনা, থোল্লায পানবশিংসু পোকলকই ।

হুমিৎকি মৈশাবু তাইবংপানবা পূম্নমক অসি শনদোক্লবা হী য়ায অদুনি হাযদুনা "সম্নমজী য়ায়বেন" কোই । লৈপাক লৈমবু, (পরাপ্রকৃতিগী মশা ওযবা অপরাপ্রকৃতিবু) লৈমবেন হাইধবী কোই । হুমিৎকি মৈশানা লৈপাক্তা তাবগা তাইবংপানবা শন্দোকনবা পাঙ্গল থোকই, মাদুবু পুরৈরোম্বা কোই । "পু" হায়রদি তাইবংপানবা শেম্নবগী মচন অদুবু হাযবনি "রৈ" রৈবে হাযবনি । "লোম্বা" হাযবনা অমুক অল্লাৎপা লৈত্রবা লোম্বা হায়বনি । পু+রৈ+লোম্বা=পুরৈরোম্বা হায়বিবা অসিদি পা-পীলুনি তিম্নরগা তাইবং শেম্বা ওম্নবা পাঙ্গল অদুবু হায়বনি ।

অসিগুম্বা দর্শননা ফুমদুনা লৈরিবা মীতৈগী শকোককি লাইরোনর্বু, বেদগী শতপথগী শ্রুতিনা হায়রি— ময়াদা মৈ উমত্তনা কৌবদা থুমদে, মরৈলোম্মী হায়ত্তনা পুরৈলোম্বা কৌই হায়বসিবু মীতৈগী দর্শন মুৎথৎনবা শেমজিন্দুনা হনবা বেদার্থ নত্তনা করি ওয়গনি।

য়ুমফাল (ইমফাল) বু, য়ুম অহানবা হায়বনি। বেদগী প্রত্নোকসকি অর্থনি হায়রিবা অসিস্নু, মথং মথং হায়নররুপা মতুং ইন্না চুমদ। মসিং হায়বসিমক্তবু পোং নত্রগা থোঁদোক অদৃগী মমিংনি। মথং মথং ওয়নস্নু হায়নররুইবা; হৌজিকস্নু পোং নত্রগা থোঁদোক অদুগা, মমিং অদুগা চানরবদি চুমে হায়না লেপকনি। লূনা কোকনা লৈবা মকমবু য়ুমফাল কৌই। মাদু থায়নদগী তোরকপনা হৌজিক কাওবদা ওয়রি। মমিংগা থোঁ-দোকা চানরিবা য়ুম্ফাল হায়বসিনা চুমগনি। বেদগী "ওকস" হায়বদুদগী থৈবকপনি হায়বদা পকচনবা; য়ুমবু "ওকসং" কৌই হায়জিনবসি, মোংমল্লি নমথীগদবা মাল্লি। লাইরবনা মোংনা থিনা লৈবা য়ুমবু লইব-থাংপোক হায়নৈ। অচৌ অশাংনা লূনা মান্না লৈবা য়ুমবু সঙ্গাই হায়নৈ। মীওয়বনা লৈনববু ওকসং হায়নদে। বেদার্থ তানবা হোৎনবদা, অমরোমদা ইহো হোরে। মাতৈ চাদবা চুমদবশিং অদুদা রায়েৎ চংতুনা লোথোকঅগা, ঈশাগী অশোংববু থাংজিল্লবদি মীনা ইহুবা ওন্দোয় হায়বসি নাওরিয়া অইলগী রাঁথুলামি।

ঐতিহাসিক মতাংদা চিংথহৌবা—

পামহৈবা কৌবা লাইরেক অমস্তু ইরম্মী। লাইরেক অংঙ্কা পামহৈবা হায়রিবা নিংথৌ অসি ভূবী চরাইরোংবগী মচানি হায়না ইরি। লাইরেক অসিনা অসিগুম্বা অমা ফোদোকই—পামহৈবা নিংথৌবু মীরৈবাক মচানা ইবা লাইরেক্তা "হাওনি" হায়বিবগুবু ককথংপা হৌরম্বনি। নিংথেমচাশিংবুস্তু মাসি ককথংনবা তৌনিঙু হায়না ফোদোকঅম্বনি।

হৌজিক্কী মতমদা, মীতৈ মযেকপু চৈতেক মানবী হায়নরে। চৈতেক মানবী ময়েক অতুদি শান্তদাসনা পিরম্বা ময়েকনি। শান্তদাসনা মীতৈগী লাইরেক মৈ থারমদায়দা হায়খি— "মীতৈ নহোয়না ময়াং লাইমিং লৌরবনিনা, মীতৈ নংহায়গী ময়েকনা ইবা লাইরেকশিং অসি শম্নরুবদা নশাদা লাইথু' পকঅ'নি। করিনা, মীতৈ নহোয়গী ময়েক অসিদি লাইগী ময়েকনি। লাইমিং হোং-ওবনিনা ময়েক অসিগা অমুক শেংক্লু পম্নরুদনবা মৈ থাদোকও"। লাইরেক মৈ থাম্রবা মতুংদা, তুংগী মীরোম্না অমুক পিরকপদা, ফংদনবা খোঙ্গুন মুৎথংকে হায়দুনা ময়েক অমা পিবিরম্বনি। শান্তদাসনা শিল্লম্বা থবক অতুগী মহৈনা হৌজিক্তা মীতৈ ময়েক্কী মতাংদা অপনবা ওয়ররিবা অসিনি। শান্তদাসকি ময়েক অতু হৈবোর হৈত্তবোয় তৌবা কাংবুন' ইগৌবা লাইরেকশিং অতুনা হৌজিক্তা— "চাওপা, তৌপা, চাকেলা, চংকতলা" হায়দুনা মীতৈ লোলগী মশক থিহল্লরিবা, তাবদা মুণ্ডায়হল্লিবা অসিনি।

লোলনা, অমগা অমগা, পুকনিং রাখুল কোংদোকনবা

ঙম্মী । মাতুনা মতেং পাংনহনা গাওখৎলকই । ধর্ম্মনা, মীওয়শী পুকনিং লমচৎ শেম্মী; অকুপপা রাখল খলহল্লি । মাতুনা মীওববনা ওন্থোকনা চাওখৎলবা থাক অসি যৌরকইবনি । লাইনেক ময়েকনা, লাইপোক অমমমনা খলহনা পুথোকঅমীবা অহু ইশিন্দুনা খম্বা-রমহনা, তুংগী মীওযশিংনা মথং মথং ওয়না চাওখৎলকইবনি । অহুনা জাতিগী মরু ওয়বা কলচরদি—লোল, ধর্ম্ম, ময়েক অহুম অসিনি । হাযরিবশিং অসি মীতৈগী লৈজবম্মী, মাসিবু মাং-হন্দ্রবদি মীতৈদি চাওখৎলম্বা ঈরুপ অমনি হায়বদুগা চুক ওয়বান হাযবস অহলগী রাখুল্লান ।

অহলগী আইডওলোজী ইবদা, অহলগী পুন্সিগী শকফম অমম্ম শরুপংনা তাকফম থোকপ্রা হায়না নিংই । মাহু হশিনজ্র-হাদ্রে । অহন্না লিংখৎলম্বা "অপোক ফুরুপ" হায়রবা অংগা জেনেরেল সেক্রেটবাদা হংহল্লুবম্মু থবক শদে হাযনা খুম্মাবকথে । প্রাসিডেন্ট। হংহল্লুবম্মু থংদে হাযরকথে, অহল ইবুংঙোগী মচা ইবুংঙোশিংদা চিঠি ইথিবম্মু মরাল হন্নকদ্রে। ঐহাকনা খংজংগবদি কাছাড় জিলাগী, হাইলাকান্দি মহকুমাগী, রাজেশ্বরপুর পঞ্চমখণ্ডগা মন্নুংদা, মীতৈ খুলক লাইশ্রমখুল কোবদা পোকপান । মাইকৈ অদোমগী এনট্রেন্স পাস তৌবা মীতৈগী মন্নুংদা অহানবনি । মীওয মাতৌ য়াম্না চাওশাংই, শক ফজে, লেম্মী। পুলিশ সব ইন্সপেক্টর ওযবম্মী । চহি ৫২ শুবদা থুপখি । হৌজিক লৈরবদি চহি ৭৩ রোম শুরগদ্রা হায়না শিংজে । তশেংবমক্তি হায়বা ওমজদ্রে ।

শরুপংগা অম্ব ইদা শোইাশঞ্জরে ।

